# ꯃꯨꯅꯤ ꯔꯤꯁꯤꯁꯤꯡꯒꯤ ꯂꯥꯏꯔꯤꯛ

# মুণি ঋষিশিংগী লাইরিক

# MUNIRISHISHINGEE LAIRIK

(Based on the Dharma and Religion)



Dr. Ak. Dhiren Meitei

# ꯃꯨꯅꯤ ꯔꯤꯁꯤꯁꯤꯡꯒꯤ ꯂꯥꯏꯔꯤꯛ

# মুণি ঋষিশিংগী লাইরিক

# MUNIRISHISHINGEE LAIRIK

**(Based on the Dharma and Religion)**



**Dr. Ak. Dhiren Meitei**





# Munirishisbingee Lairik


***Published by:***
Dr. Akoijam Jhalajit Singh
Thoubal Wangmataba

By:- Dr.Ak. Dhiren Meitei

First Edition June 2010

No. of Copies 1,000





**Price:- Rs. 50/-**

---

***Printed at : Goura Offset Printers, Thoubal Wangmataba***
***P.O. Thoubal - 795138, Manipur***

"মীবু শেম্বীবা ঙম্বা Man-Making, ঙাকপিবা ঙম্বা Forgiveness, ধর্ম্ম (Dharma) লৈবা মীওইশিংদা কখোকচবা লাইরিক"

# Acknowledgement

লাইরিক অসিবু Print তৌনবা অমদি Publish তৌনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং, অচৌবা মতেং পীবিরকখিবা ঐগী নুংশিজরবা Leishangthem Saturjit Singh, Sagolshem Subhachandra Singh বু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু অফবা, অচুম্বা চৎনবা য়াবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা Suggestion কয়া পীবিরকখিবা Konsam Michael Singh বুসু থাগৎচরি।

# PUBLISHER'S VIEW

মুণি ঋষিশিংগী লাইরিক হায়না মীংথোনবা একে ধীরেন মৈতৈনা ইবা লাইরিক অসিদা মীওইবনা সংসার অসিদা লৈরকপা মতমদা কাহেনবা ৱার্ল্ডলিনেস ওইরকপা অমদি মায়া সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা কাহেনবা অপামবা থমলকপা , কল্লক মীহৌবা পোকলকপাশিং , মদুদগী ওইরকপা মীওইবগী খুদোংথিবা ফত্তবা কয়াশিং অদু লাইরিক অসিদা নিংথিজবা, মপুংফাবা ৱাহৈনা Represent তৌই। তশেংনমক মীওইবনা সংসার অসিদা পুন্সি অমা হিংবা মতমদা সংসার অসিগী ওইবা লো ওভ নেচর হায়বদি সংসারগী ওইবা অচুম্বা নিয়ম নিতি, হৌন লোনচং খরদি খংবা দরকার ওই । মী অমনা সংসার অসিদা হিংবদা অচুম্বা নিয়ম নিতি ঙাক্লা চৎত্রবা অমদি তৌনিং তৌনিংবা অপাম্বা ঙাক্তা তৌরগদি মহাক্কি পুন্সি অদু অচুম্বা পুন্সি অমা কৌবা য়ারোই । মরম অসিনা মীওইবনা শান্তি লৈবা করম্বা Life style অমা হিংগদগে অমদি সংসার অসিদা অমগা অমগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নগদগে হায়বদু খংবা দরকার ওই । শান্তি লৈবা সমাজ অমা শেম্বা হায়বসি মীওইবনা তৌগদবা ইথৌদাং অমনি । অদুবু হৌজিক্কি ওইরিবা মেটেরিয়েল ৱার্ল্ড অসিদা মীওইবনা কাহেনবা ৱার্ল্ডলিনেস (Worldliness) ওইরকপা,শক্তি শিজিন্নরকপা, সাসন পাইবা ঙম্নবা হোৎনরকপা, কল্লক মীহৌবা কয়া অসিনা মীওইবনা হিংবদা অৱা অনা কয়া, খুদোংথিবা কয়া, Worldly blow কয়া মাইয়োক্লে । সংসারগী অসিগুম্বা অৱা অনা খুদোংথিবা অসিদগী নানথোক্লবগীদমক মুনি ঋষিশিংনা শান্তি ওইবা ,ৱার্ল্ডলিনেস ওইদবা স্পিরিচুয়েলগী অচুম্বা পুন্সি অমা লেল্লিবা অদু ঐখোয় মীওইবা অয়াম্বনা তম্বা খংবা দরকার ওইরে। মসিনা মীওইবগী পুন্সি চৎপা মতমদা সংসারগী ওইবা অৱা অনা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙমগনি। অরোইবদা ঐহাক্লা থাজে মদুদি মীয়াম্না কান্নরবা লাইরিক অসিবু পাবিদুনা অমদি মদুদগী ফংলকপা জ্ঞ্যানশিং অদু শিজিন্নদুনা ইশা ইশাদা শান্তি থম্বা ঙম্বা ওইদুনা মীওইবগী পুন্সি ঈপাক অসি নুংঙাইনা লাইনা লানবা ঙমগনি ।

Thoubal

1st June 2010

Dr. AK. Jhalajit singh

# PREFACE

"মুণিশ্ব ষিশিংগী লাইরিক" হায়না মীংথোনবা লাইরিক অসিদা মরুওইনা হৌজিক্কী মতমগী Fastest Growth and Development ওইরিক্লীবা মীওইবগী Civilization মরুওইনা Software and T.V. Technology অমদি মীওইবগী অপাম্বনা অরানবা লম্বীদা (Wrong Direction) চৎখিদুনা মীওইবগী পুন্সি মরেন্দা Humanity দা অচৌবা চৈথেং Blow কয়া পীরকপা, অৱা- অনা খুদোংথিবা তারকপশিংগী মরমদা নৈনজবা লাইরিক্কী। Scripture না হায়বা অমা লৈ মদুদি Material Happiness পাম্বা মীওইনা Material Sorrow মায়য়োক্কে, কাহেনবা Worldliness ওইবা মীওইনা Worldly Blow থেংনৈ। ম্যায়া সংসারগী অৱা- অনা কয়া থেংনদনা মুণিঋষি অমনা ব্লান্ডলিনেস ওইদনা লেপ্লিবা স্পিরিচুয়েলগী পুন্সি অদু ঐখোয়না নৈনবা খংবা তাই। মুণিঋষি অমনা মহাক্কী আত্মা জ্ঞাননা মহাক্কী পুন্সি অদু অৱা- অনা য়াওদনা পুন্সি ইপাক লানবা লাইনা ঙম্মী। মুণিঋষিগী আত্মা জ্ঞান Renunciation & Service অদু ঐখোয় অয়াম্বনা খংবা দরকার ওইরে। সংসার অসিগী মগুন- নেচর হায়বদি লন- থুম মণি- মুক্তা সনা- লুপা কল্লক- মিহৌবা খুদিংমক নোংমদি মীওইবগী অরোইবা পুন্সিগী মতমদা থাদোকপা ওই। মীওইবগী পুন্সি ইপাক অসি অৱা- অনা য়াওদনা অনন্দা ব্লিসফুল ওইনা লালবা ঙম্নবগীদমক মুণিঋষিশিংগী জ্ঞান, পারাশিং অসি ঐখোয়না খংবা দরকার ওইরে। অরোইবদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা মীওইশিংনা মুণিঋষিশিংগী আত্মা জ্ঞানশিং অদু খরা লৌশিনবিদুনা মীওইবগী সেবা Renunciation & Service খরা তৌবিরগদি অইবা ঐহাক্না লাইরিক অসি ইজরুবগী মমল হঞ্জিনলে হায়না লৌজগনি।

Thoubal,
1st June, 2010.

Dr. Ak. Dhiren Meitei

## CONTENTS

***********

## Chapter - 1

# মেটেরিয়েল ইডুকেসন সিষ্টেম

ঐখোয় মীওইবনা হৌজিক হৌজিক লাইরিক তম্বগী মওং অসি স্কুল কলেজ অমসুং য়ুনিভর্সিটিদা চত্তুনা ওজা ময়াম অমনা লাইরিক ময়াম অমা পুথোক্তুনা ক্লাস রুমদা তাকই। ওজাশিংনা তাকপীবা অদুদগী নোলেজ জ্ঞান ফংদুনা হিংনবা পুন্সি অমা শেম্বা ঙম্মী। মীওই খরদি কলেজগী, য়ুনিভর্সিটিগী ডিগ্রী পায়দুনা অচৌবা মমিং লৈরবা গর্ভণমেন্টকী ফম পায়রি। লাইরিক হৈবা মীওই কয়ানা পোলিটিক্স তৌদুনা গর্ভণমেন্ট শেমদুনা লৈবাক ঙাক্লি। মসিনা তাকপদি হৌজিক্কী ইডুকেসন সিষ্টেম অসি মেটেরিয়েল ইডুকেসন সিষ্টেম ওই অমদি পোলিটিক্স রিলেটেড ইডুকেসন সিষ্টেমসু ওই। হৌজিক হৌজিক মালেম অসিদা লৈরিবা মী অয়াম্বনা শেলথুমগী ইকোনোমিদসু হেন্না মীৎয়েং চংশিল্লকই হায়বদি ইংলিস্তা হায়রগা মনি মেক্কিং সিষ্টেম অমসু হেন্না ওইরক্লি। কা হেনবা মেটেরিয়েলিজম ওইরকপা অসিনা মীওইবগী হ্যুমেন ভেল্যু হন্থরকই হায়বদি মী হাৎপদা করিসু অকিবা লৈতে। হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা পৃথিবীগী ব্রাথোক খুদিংমক কা হেনবা মেটেরিয়েলিজমগা মরী লৈনৈ। অব্রা- অনা মীশি মীনা থৌদোক ব্রাথোক, অকি- তুজুংবা কোকহনগে, হন্থহনগে হায়রগদি মেটেরিয়েলিজমগী চাং ডিগ্রী অসি হন্থহনবা তাই। মতাং অসিদনি স্পিরিচুয়েলিজমগী পারা অমা লাক্লিবসি। হৌজিক্কী মতম অসিদা ঐখোয়

মীওইবনা হিংবদা শান্তি খরা থমগে হায়রগদি মেটেরিয়েলিজম অমদি স্পিরিচুয়েলিজম অসি চাং মান্ননা পেরেল্লেল অমদি মোডরেট ওইনা চৎপা দরকার ওই। হৌজিক ঐখোয়না অব্রা- অনা ময়াম অমা থেংনরিবগী মরমদি ঐখোয়গী পুক্সি মরেল অসি ১০০ দা ৫০ হেন্না মেটেরিয়েলিজম ওইবা, ব্রান্ডলিনেস ওইবা লোমদা হান্না চংশিন্থোকখ্রে।

স্পিরিচুয়েলিজম ওইবা মুণি খরদি মেটেরিয়েলিজম য়াওদনা হিংঙি। মখোয়না অফংবা চেং- হব্রায়, উহৈ- ব্রাহৈ চারগা অব্রা- অনা করিমত্তা য়াওদনা শা- উচেক্কুমনা হিংঙি। মখোয়দি থব্রাইগী অপাম্বরোমদা চংশিল্লি, হকচাংগী অপাম্বরোমদা চংশিন্দে হায়বদি মখোয়না সংসারগী অপাম্বা হায়বদি নুপী অঙাং মচা- মশু, সনা লুপা, ফুরা- দলাল, অকে- অমৌ, মিংচৎ, নাপল অমত্তা পামদে। তশেংনমক নেচরবু মশক খংনা হিংঙি। লো ওফ নেচর মুন্না খংঙি। মখোয়দগী খৎন- চৈনবা, থৌদোক- ব্রাথোক, ইরাং হৌনবা হিরম অমত্তা পুথোক্কে। মখোয়না মুক্তি, অনন্দা ফংঙি। মখোয়দি ঈশ্বরগুম্বনি। মালেম সংসার অসি মখোয়না অফবা মফম অমা শেল্লম্বনি ।

মী খুদিংমক্কা স্পিরিচুয়েল খরদি ওইবা অসি অফবা খুদম অমনি অদুবু মী অয়াম্বনা প্রাক্টিস ইতৌ তৌনদে। স্পিরিচুয়েল ওইগে হায়রগদি চহি নৌরিঙৈদা প্রাক্টিস তৌহৌবনা হেন্না অফবা ওই। হায়নবা অমসু লৈ মদুদি মচা ফত্তবা ময়াম অমা পোক্লবা মতুংদা অব্রা- অনা কাউনবা হায়দুনা ঈশ্বরদা চঙজবা অসি অফবা মহৈ কয়া ফংদে মরমদি মরুনা যুরবা ফৎত- হৌদি ময়াম অমা সংসার অসিদা থল্লম্বগা চপ মান্নে।

হৌজিক্কী মতমদা মীওইবনা শান্তি পাম্বগীদমক লাইশঙ মন্দীরদা চত্তুনা লাই খুরুম্মে অমদি লাইশোন ঈশৈ শক্লে। হৌজিক্কী লাইশঙ মন্দীর অয়াম্বনা শেল লুপা লাক্ষ, ক্রোর চংনা শানৈ। করিগুম্বা কান্দা লাইবক থিবা হায়গদ্রা লাইশঙদা মীশি- মিনা থোকপা, বোম পোকখাইবা কয়া য়াওরক্লি। লাইশঙদা মীশি মীনা থোক্লগদি লাইশঙদা ঈশ্বর লৈতবগী মমি খরা তাই। লাইশঙ টেম্পল য়াম্না মশিং য়ামলকপা য়াম্না দরকার ওইদে। ইশা অসি লাইশঙ টেম্পল অমনি

হায়না লৌবা য়াই। মসিনা হকচাংদা অফবা ৱাখল লৈহল্লি। অশেংবা মুণিদি লাইশঙদা লাই খুরুম্বা কয়া চৎনদে, মফম খুদিং লাইশঙনি, মীপুম খুদিং লাইশঙনি, হকচাং খুদিং লাইশঙনি। ঈশ্বরগী ৱাহৈ অমা লৈ মদুদি শেল ময়াম অমগা ঈশ্বরগা লোয়ননা চৎমীন্নবা য়াবা হৌনদে। মরমদি স্পিরিচুয়েলদি শেলগা মরী অমত্তা লৈনদে।

ঐখোয় মীওইবগী পুন্সিদা স্পিরিচুয়েল দরকার ওইবা মরম্না ঐখোয়না য়াম্না লাইবা মওংদা স্পিরিচুয়েল তম্বা য়াই অমদি প্রাক্টিস তৌবা য়াই। হায়রিবা প্রাক্টিস অসি মুণি ঋষিশিংনা সংসার অসিদা লৈরিবা থৱায় পানবা জীবশিংদগী পারা তমদুনা অচুম্বা জ্ঞান ফংদুনা স্পিরিচুয়েলগী মুণি অমা ওইখিবগী পারানি।

অহানবদা, মুণি ঋষিশিংনা থৱায় পানবা জীব ঙাশিংদগী পারা অমা তম্মী মদুদি ঙানা করম্না খোইচাক্তা থুদুনা শিরিবনো? মসিগী অর্থদি ঙাশিংনা লৈবাক নাপী- শিংবী চাদুনা হিংবা য়াবা অদুবু কাউথোক্লুনা অহাওবা, অথুম্বা খোইচাক অদু চারুবদগী শি। মসিনা তাকপদি মীওইবনা চম্না চারগা হিংবা য়াবা অদুবু ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা অহাওবা সেন্স ওফ টেষ্ট পাম্মুবদগী এডিক্সন ওইদুনা হায়বদি মহাও থাদোকপা ঙমদদুনা শি। সেন্স ওফ টেষ্টকী পোৎশক খরদি খৈনি, জর্দা, য়ু, ড্রগ, হেরোইন, কোকেন, গঞ্জা, সেক্স অসিনচিংবনি। চিন- লৈগী মহাও মুনিশিংনা করিমত্তা পামদে।

— ( ***** ) —

"All contact-born happiness is productive of misery"

— Sri Krsna teaches in the Gita —

# Chapter - 2

## এটেচমেন্ট

মুণি ঋষিশিংনা পারা অমা খুনু মতৈ- মনাও অমদগী তম্মী মদুদি হায়রিবা খুনু মতৈ- মনাও অসিগী মচা ২/৩ পোকই। খুনু মচাশিং অদুগা লোয়ননা নুংঙাইনা ফেমিলি অমা ওইনা পাল্লি। নোংমদি খুনু মতৈ- মনাও অদুনা মচাগী মচীঞ্জাক থিবা খরা লাগ্না চৎলি। মতম অদুদা শাদানবা অমা মফম অদুদা লাক্লুনা খুনু মচাশিং অদু উবদগী মনাক্তা লাং অমা থাক্লুনা খুনু মচাশিং অদু থুরে। খুদক অদুদা খুনু মতৈ- মনাও অদু লাক্লুনা মচাশিং অদুনা লাংদা থুবা অদু উরম্মী। খুনু মমা অদুনা ৱাখল করিমত্তা খন্থবা তৌদনা মচানা থুরিবা লাংদুদা পাইশিল্লম্মী অমসুং থুরম্মী। মতাং অসিদা খুনু মপানা খল্লি মদুদি ঐগী নুপী অঙাং লোইনা লাংদা থুরে, মখোয় লোইনমক শিরনি, মদুনদি ঐনা সংসার অসিদা হিংগদৌরিবসি করি কান্নগদৌরিবনো? ঐগী ফেমিলি পুংলোই লোইরে। ঐ হিংঙুবগী করিমত্তা কান্নদরে হায়না খন্দুনা খুনু মপাদুসু লাং অদুদা লাইশিল্লম্মী। খুনু মতৈ- মনাও অমদি মচা অনী পুল্লপ্ থুবা অদুদা শাদানবা অদু অদুক্কী মতিক নুংঙাইরম্মী অমসুং খুনুশিং অদু পুরগা চাথোক্লম্মী। ৱারী অসিনা তাকপদি মীওইবনা নুপী থিবা, অঙাং পোকপা, ফেমিলি লৈবা মতমদা অৱাবা নুংঙাইবা, অশি- অনা অসি মায়োক্লে। মচা নুংশিবা শিবা মতমদা মমা নংত্রগা মপানা মচাগী ৱাখলদা শিবা য়াওই নংত্রগা করিগুম্বা কান্দা য়াম্না পামজবা পোংশক

অমা মাঙখিবা মতমদসু ব্রাখল লায়না ওইদুনা শিবা য়াওই। সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক ঐগী পুরা ওইবা য়াবা নত্তে, অহোংবা নাই। মীওইবদি হিংগদবনি, শিগদবা নত্তে। ঙমজবা সেবা খরা মীওইবদা তৌগদবনি। ঐনা ঐগী ইমা, ইপা, নুপী অঙাং, ইচিল-ইনাও, ইমুং-মনুং খক্তং হেন্না নুংশিবা থম্লগদি খুনু মতৈ-মনাওদা তাখিবা দষা অদু তাগনি।

মুণিশিংনা লিল অচৌবা লাইরেল, পাইথোনদগী পারা অমসু তম্মী মদুদি হায়রিবা লিল অসিনা হিংবা মতমদা অফংবা শা ওইরে, ঙা ওইরো য়োৎকনি। মচীঞ্জাক ফংদবা মতমদা নুমিৎ কয়ানি চারা হেন্দুনা লৈগনি হায়বদি খাংবা কল্লি হায়বনি। লাইরেলনা মহাক্কী মচীঞ্জাক্কীদমক ব্রারুদে, শোয়দনা ফংগনি খল্লি। চাদদুনা শিবা অমত্তা লৈতে। মসিগা চপ মান্ননা মুণিশিংনা খল্লি মদুদি সংসার অসিদা লৈরিবা উহৈ-ব্রাহৈ, চেং-হব্রাই খুদিংমক চাবদা লোইবা নাইরোই। চাকখাওগীদমক্তা থোইনা খল্লুদে, খরা চারগা হিংগনি। ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অদুতমক থাদোক্লগা লোইরে। থবক কন্না শুবগী দরকার ওইদে। ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্লগদি অব্রাবা তাই হায়বসি খঙঙি। মতম চুপ্পদা মিৎ-নাকোং শিংদুনা লৈ, তুমদুনা লৈথোক্তে, যোগি অমা ওইনা হিংঙি।

চায়াম পোকপী মতৈ-মনাও অমদগীসু মুণিনা পারা অমসু তম্মী মদুদি মতৈ-মনাও অসিনা মচা ১২ পোকই। মচাশিং অদু য়োক্লবা হোৎনবদা নোং হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী থবক শুই। থবক শুমনবনা মরম ওইদুনা মতৈ-মনাও অদু চহি ৪০ শুবা মতমদা চহি ৬০-৭০ শুবা মশক মাল্লে। মচা য়ামনবনা মরম ওইদুনা মচা খরদি ফত্তবা লমচৎ-শাজৎ, নিশা চাব। য়াওরক্লুনা শিবা ফাওবা য়াওরক্লে। লৈত-লায়রগী ব্রাখল, মচা শিবগী ব্রাখলনা মতৈ-মনাও অদু চহি ৫০ খরা হেল্লগা শিরে। ব্রারী অসিনা তাকপদি ম্যায়াগী ওইবা পুন্সি মরেল পামগনু। ম্যায়াগী পুন্সি অরেম্বনি। ম্যায়াগী পুন্সি মরেল থাদোক্লুনা মুক্তি ফংনবা হোৎনবনা হিংবগী পুন্সি অর্থ লৈগনি হায়না মুণিশিংনা খল্লি।

মুণিশিংনা মৈরানবী তিলদগীসু পারা অমা তম্মী মদুদি মৈরানবীনা মৈ উবা য়াদে। মৈবু পামজবা মরম্না মৈদা পাইশিন্দুনা মতোমতা শিজে। মসিনা

তাকপদি অপঙবা মীনা ম্যায়াগী অপাম্বা পোৎশকশিংদা চঙশিন্দুনা লাংদা থুই। ম্যায়াগী পোৎশকশিংদা কা হেন্না পাম্বদগী অচুম- অরানগী ৱাখল খল্লক্তবা য়াওই। ম্যায়াগী পোৎশকশিংদি অহোংবা নাই। ম্যায়াগী পোৎশকশিংদা কা হেন্না পান্নগদি মৈরানবীদা তাখিবা দম্বা অদু ফংগনি হায়না মুণিশিংনা খল্লি।

মুণিশিংনা হয়িংখোইদগী পারা অমসু তস্মী মদুদি হয়িংখোইনা চাদ- থক্তনা থবক কন্না শুদুনা খোইহি ময়াম অমা পৈশিল্লি অদুবু খঙহৌদনা মী নৎত্রগা শানা লাক্তুনা খোইহি অদু লোইনা চাথোকখি। হয়িংখোইনা মশাগী খোইহি ফাওবা চাবা ফংহৌদে। মসিদা মুণিনা খল্লি মদুদি চাক্লিবা চৎপা মতমদা নোংমগী চেং খুজোক অমখক্তুং নিগনি। অচৌবা চেংখাও পুবগী দরকার ওইদে। হয়েং- হংচিংকী করি চাগনি হায়বগী অৱাবা করিমত্তা লৈতে। মতম- মতমগী হৌরি- পাল্লিবা মনা মশিং উহৈ- ৱাহৈ চারগা উচেক- ৱাইয়াদৌনা হিংগনি। অচিকপা মফমদা লৈদুনা, ৱাখল শান্তি থম্নবা হোৎনগনি। ৱাথি- ৱারেম ঙাঙবা, লোইবা নাইদবা থৌদোক ৱাথোক তাবা পামদে। নাতৈ চাদবা ফিল্ম, মশক ফজবী জগোই শাবী য়েংবনা মুণিগী মগুন মাঙখিবা পামদে হায়না মুণিনা খল্লি।

( ***** ) —

"The worldly man serves the body and the wise man serve the soul"

— Lord Gautam Buddha —

# Chapter - 3

## মায়াগী লাং

মুণিশিংনা শা- শামুদগী পারা অমসু তশ্মী মদুদি জঙ্গলগী শামু ফাবা মীশিংনা শামু অমোম শীজিন্নরগা জঙ্গলগী অঙাওবা শামু লাবা ফাই । শামু অমোম অদু পুন্দুনা থম্লগা, জঙ্গলগী অঙাওবা শামু লাবশিংনা লাক্কদবা লম্বীদা কোম অচৌবা তৌথোক্কুনা থম্লগা, মদুদা শামু লাবা অদু তাহন্দুনা ফাই। করিগুম্বা খরা পান্নুবদগী মাগী মনীংতম্বা অদু মাঙখি। নাম্থোকপা য়াদবা অফা- অপুন লৈখি হায়বদি ম্যায়াগী লাংদা থুই। মসিনা তাকপদি মী অমনা মনিংতম্মা হিংজবা অদু মাংখিবগা মান্নে। মরম অসিনা মুণিনা মশক ফজবী নুপীশিংদা কল্লকপা মিহৌবা থমদে। নুপীদা কল্লকপা মিহৌবা থম্লুরগদি সংসারগী ওইবা য়ুম পান্দুনা মচা- মশু ময়াম পোক্কুনা চরোন- শুরোন শেমলক্কুনা মায়াগী লাংদা লৈ। ঈশ্বরগী লাইরিক্তা হায়বা অমা লৈ মদুদি মায়াগী লাংদা থুরবা মীওইশিংদি অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা সাইকল অসিদা উংদুনা লৈ। মায়াগী লাংদা থুবা খুদিংমক মনীং তমদে, অব্বা- অনা মায়োক্লে। পোকপা অমসুং শিবা হায়বা মায়াগী সাইকল অসিদগী নাম্থোকপা গুল্লগদি অনন্দা, মুক্তি, নির্ভান ফংলে হায়না মুণিনা খল্লি। মরম অসিননি মুণিনা নুপীগা কয়া তিন্নদে, কল্লক মিহৌবা কয়া থমদে, অমসুং য়ুম পান্দে।

মুণিশিংনা হয়িংখোইদগীসু অনীশুবা পারা অমা তশ্মী মদুদি হয়িংখোইনা

চাদ- থক্তুনা নুমিৎ খুদিংগী থবক কন্না শুদুনা খোইহি ময়াম অমা পৈশিল্লি। খোইহি থিবা লাকপা মী নৎত্রগা শানা খোইহি অদু উরুবদগী খোইহি অদু চাথোকখি। হয়িংখোইনা ব্রানা শুজরগা থমজবা খোইহি অদু চাবা ফংদবদগী হৈ- লৈগী মনাক্তা চত্তুনা লৈহি ওইনা চুপ্তুনা লেল্লি। মসিনা তাকপদি ইনাক খুনবা অরিকপা মীনা নুমিৎ খুদিংগী থবক কন্না শুদুনা মচা- মশুগী, নুপী অঙাংগী লন- থুম য়াম্মা তানশিল্লি, ফুরা- দলাল শাজিল্লি। নুমিৎ খুদিংগী ব্রানা শেল- থুম তান্দুনা লৈ। মহাক্কী শেল- থুম অদুনা নুংঙাইনা লেম্থোকপসু তৌদে, মীঙোন্দা দান তৌবসু তৌদে। মানা তাল্লিবা শেলশিং অদু নুপী অঙাং মচা- মশুশিংনা চাথোক্তুনা নুংঙাইনা লেল্লি। মহাক্না শেলথুম তানবা খক্তা তৌবা মরম্না মতম চুপ্পদা নুংঙাইনা মনিং তৌনা লৈবা ফংজদে। লল- থুম ময়াম অদু মী অতোপ্পনা লৌখিগদরা খনবদগীসু মনিং তম্না চৎথোকচবসু ঙমজদে, ব্রাখলদা অব্রাবা পোকই। হায়রিবা পুক্নি মরেল অসি মুণিনা পামদে ।

লমচৎ নাইদবী নহা ওইরিবী মশক ফজবী নুপী অমনা অফবা অচুম্বা নুপী অমা ওইখিবগী পারা অমা মুণিশিংনা তম্মী মদুদি লমচৎ নাইদবী অসিনা নুমিৎ খুদিংগী য়ুম অমগী থোঙ্গালন্দা ফমদুনা লম্বীদা লাকপা মশক ফজবা নুপাশিং মঙোন্দা চঙশিল্লক্লবা ঙাইরম্মী। নুপী অদুনা ফত্তবা লম্বীদা শেল লাইনা তান্নবগীদমক অকে- অমৌ শেমদুনা, ফজবা ফিরোল শেৎতুনা অয়ুক ঙস্তাদগী অহিং ফাওবা লৈ।

নোংমদি অয়ুক ঙস্তাদগী য়ুম অদুগী থোঙ্গালদা ফমদুনা নুপা লাকপা ঙাইরম্মী অদুবু কনা অমত্তনা চঙবীরক্তে। চাবা থকপা ফাওবা ফংদদুনা নুংথিলদা অমুক থোরক্তুনা মী লাকপ্রা য়েংখি মদুসু লাক্তে, নুমিদাংদসু অমুকসু য়েংঙি মদুসু মশক ফজবা নুপা অমত্তা চঙলক্তরে। অমুকসু অহিং অথেংবদা য়েংঙি, মদুসু কনা অমত্তা লাক্তে। নুমিৎ অদুদা শেল ফংদবনা চরা হেল্লে অমসুং চারা হেনবতা নত্তনা তুম্বা হিপ্লসু কায়হল্লে। মাগী অনিংবা অদু থুংদদুনা মহাক নিংবা য়াম্না কাইহল্লে। মহাক্না তৌরিবা চথরিবা করবার হ্যমেন ফ্রেস ট্রেদ অসিদা পামদবা অমা মশানা ফাওরক্লে অমসুং মিংচৎ থিনিংঙাইসু ওইহল্লে। মতাং অসিদা নুপী অসিনা অফবা ব্রাখল অমা খল্লক্লে মদুদি অসিগুম্বা ফৎত্রবা থবক

অসি থাদোক্লুনা নহা ওইরিঙৈ মতম অসিদা অচুম্বা লম্বীদা চত্তুনা শু নোমদুনা। অফবা নুপী অমা ওইবগী শিনফমদা হায়বদি ফিশা লোনশা, য়েনশাং- নাপা থাবা অমদি কৈথেলদা নোংমগী ওইবা পোৎ- চৈ য়োন্দুনা অচুম্বা পুন্সি লেন্দুনা। অমদি ঈশ্বরগী অচুম্বা পাউতাক ইন্দুনা ব্রাখল শান্তি থম্বনা হেন্না ফারে হায়না খল্লে। মসি তৌরগদি চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবগী অব্রাবসু লৈররোই ব্রাখল লাংতক্লবসু লৈররোই, ইশাগী ওইবা সেল্ফ ওইনা হিংবনা ফরে, মীগী মতেং, মপালগী মতেংনা হিংবা পামদ্রে। ঐগী সেল্ফ অসিনা ঐগী মরুপ্পি, ঈশ্বরনি, নুংশিবনি, নীংতম্বনি।

ব্রারী অসিনা তাকপদি পৃথিবীদা লৈরিবা অরানবা অশোয়বা খুদিংমক কনা অমত্তনা চুমথোকপা ঙমলোই। ঐনা ঐগী অরানবা অদুখক্তা চুমথোক্লবা হোৎনগদবনি। অরানবা ফত্তবা থবক তৌরুবগীদি অরানবা ফত্তবা মহৈ শোয়দনা ফংগনি। অচুম্বা অশেংবা পুন্সি লম্বী থিগে হায়রগনি গৌতম বুদ্ধগী পুন্সি ব্রারী নৈনবা তাই। গৌতম বুদ্ধনা সংসারগী অরানবা অশোয়বা, শেংদবা ফত্তবশিং অদু মশক খঙলবা মতুংদা নিংথৌ ওইনিংবগী ব্রাখল থাদোক্লুনা অচুম্বা লম্বীদা চত্তুনা মশাগী ওইবা নীংতম্বা নির্ভান ফংবা ঙমখি ।।

( ***** )

The world is a place of transition; full of examples; be pilgrims therein, and take warning by the traces of those that have gone before"

— Jesus Christ —

# Chapter - 4

# মায়াগী নুংঙাইবা থাদোকপা

মশক ফজবী নহা ওইরিবী লৈশাবী অমদগী মুনিশিংনা পারা অমা তম্মী মদুদি নুপী লৈশাবী অসিনা মাগী ইমুংগী চাবা থকপগী থক্লবা ঈশিং নুমিৎ খুদিংগী হোল্লী। নোংমদি চাক্লৌবা অমগীদমক লৈশাবী অসিনা অয়ুক ঙন্তাদগী হৌনা মখুৎ য়েৎ অমসুং ওইদা তেকশি কোল ময়াম অমা পায়দুনা তুরেলদগী ঈশিং হোল্লি। অহানবদা, মখুৎ ওইদা অমসুং য়েৎতা তেকশি পায়দুনা তুরেলদগী ঈশিং হোল্লী। অহানবদা মখুৎ ওইদা অমসুং য়েৎতা তেকশি অনি অনি পায়বা মরম্না ঈশিং পুরকপা মতমদা ঈশিং য়াওবা তেকশিশিং অদু অমগা অমগা থেংগাইনবা মরম্না মখোল য়াম্না থোকই । থোকলিবা মখোলশিং অদু লম্বী চৎপা মীনা লোইনা তাই । অনিশুবদা , লৈশাবী অদুনা মখুৎ ওই অমসুং য়েৎতা তেকশি অমাম্মতং পাইরগা ঈশিং শোকই। মদুসু করিগুম্বা কান্দা তেকশি অনিদু থেংগাইনবা য়াওদুনা মখোল থোকপা য়াওই। অরোইবগী ঈশিং শোকপা অদুদা নুপী লৈশাবী অদুনা তেকশি অমখক্তং পুরগা ঈশিং শোকপদদি থেংগাইনবা লৈত্রবনিনা মখোল থোক্তনা তুমিন্না চৎপা ঙম্মী। মখোল থোক্রবনিনা মীশিংনা হন্না য়েংলকপসু তৌদ্রে। ৱারী অসিনা তাকপদি খৎন-চৈনবা হায়বসি মী য়াম্না পুনবা মফম, মী য়াম্না তিনবা মফমদগী হৌরকই। মী অনিখক্তং লৈবা ফাওবা ৱারী শান্নবগী মখোল হেক্তা তায়। মরম অসিনা মুনিনা মশাদা শান্তি থম্নবগীদমক মতম লৈবা খিবিক্তা মতোমতা লৈবা চৎপা পাম্মী। মসিনা খৎন- চৈনবা কয়াদগী

ঙাকথোকচবা ঙম্মী। মুনিনা মশাগী ৱাখল অদু পোৎশক অমাবক্তন্দা থম্লবা হোৎনৈ। পোৎশক অদুসু ঈশ্বর নৎত্রগা মাগী আত্মাদা থমদুনা মপানগী ওইবা, ম্যায়াগী ওইবা পোৎশকশিং অমদি মপানগী ম্যায়াগী ওইবা থবকশিং তৌদনবা হোৎনজে। মীওইবনা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা কা হেল্লা অশাম্বা থমদ্রবদি মীওবগী ৱাখল শান্তি থম্না ঙম্মী। মুক্তি, নির্ভান ফংবা ঙম্মী॥ ঈশ্বর ওইরবা মীওইশিংনা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি ম্যায়াগী পোৎশকশিংদা অমদি ম্যায়াগী পুন্সি মরেন্দা নুংঙাইবা লেল্লবসু চহি ৫০ শুবা মতমদগীদি ম্যায়াগী নুংঙাইবা অসি থাদোক্লবা হোৎনবা য়ারে। মসিনা তাইবংপান থাদোকপা মতমদা কল্লক মীহৌবা লৈতনা ঈশ্বরগী মহাক্কী মফমদা লাইনা য়ৌবা ঙম্মী॥

সার্পেন্ট কৌবা অচৌবা লীল মখল অমা লৈ। লীল অসিনা করম্না হিংবগে হায়বদু মুনিনা তমজে মদুদি লীল অসিনা মতোমতা চত্তুনা মচীঙ্গাক খি, মতম লৈবা খিবিক্তা মীশিং-নাশিংদুনা লৈ। লৈবাক্কী অহোবদা শুরুংদা ময়ুম ওইনা লৈ। লীল অসিনা চৎলু চৎলুবা মফম অদুদা লৈবা শুরুংশিংদা হেক্তা ময়ুম ওইনা লৈ হায়বদি অরেপ্পা ময়ুম লৈতে। মসিগা চপ মান্নবা মুনিশিংগীদি অরেপ্পা ময়ুম লৈতে। মফম খুদিং মাগী ময়ুম ঙাক্তনি। চৎলু চৎলুবা মফম মাগী মফম ঙাক্তনি। সংসার অসিদা মাগীনি ঐগীনি হায়বা পোৎশক অমত্তা থমদে। মুনিনা খল্লি মদুদি মী অমনা কয়াম কুইনা হিংবা খঙবা ঙমদবা অদুবু করিগীদমক কন্না শুদুনা শেল য়াম্না তান্দুনা শেল য়াম্না চঙদুনা অচৌবা য়ুম, বিল্ডীং শাক্লবগী করিবু কান্নবনো। মসিগী অর্থ লৈতে, মসিনবু হেল্লা অৱাবা ওইহল্লী॥ মুনিনা অমুকসু খল্লি মদুদি অচৌবা য়ুম বিল্ডীংগী মপুন্সি অসি চহি ৮০/৯০ ফাওবা য়ৌবা ঙমদে, কায়থরকই, মাঙথরকই। অদুবু মীওইবগী হকচাংদি য়োগী অমা ওইনা নিয়ম নিতি নায়না চৎলগদি চহি ১০০/২০০ ফাঙবা পুন্সিবা ঙম্মী॥ মতাং অসিদা পনবা য়াবদি মুনিশিং খরদি পুন্সি শাংনা হিংনা ভল্লা হিংবা ঙম্মী॥ রামানুজনা চহি ১২০ পুন্সিখি, খৃষ্টানগীদা হায়রগনা নোৱানা চহি ৯৫০ পুন্সি, অদাম্না চহি ৯৩০ পুন্সি, আব্রাহম্না চহি ১৭৫ পুন্সি। মরম অসিনানি য়ুম বিল্ডীং অচৌবা শাবগী মহুত্তা হকচাংবু নিংখিজনা য়োকপি-থাকপীরগা থম্লনা হেল্লো ফৈ। করিগী থবক কন্না শুবগী দরকার ওইদে। হেল্লা চাবগী দরকার ওইদে,

ইচা-ইশু ময়াম পোকপগী দরকার ওইদে হায়না খল্লি। পৃথিবী সংসার অসিদা মীওইবনা অপাম্বা য়াম্মনবদগী নোংম-নোংমগী হাৎন-শুনবা ফত্তবা মফম অমা হেন্না ওইহল্লে। মসিগী মহুত্তা মীওইবা অমদি থবায় পানবা জীবশিংগী অমুক পোকপা, অমুক শিবা হায়বা অবাবগী সাইকল অসিদগী যোগী অমা ওইদুনা নাম্থোক্লবা হোৎনহৌবনা হেন্না ফৈ হায়না মুনিননা খল্লি। সংসার অসি অবাবা নুংঙাইবা অনিনা শাবনি। নুংঙাইবা লৈত্রগদি অবাবা লৈরোই। তাইবংপানগী অবাবা নুংঙাইবা থাদোকপা ঙম্লবদি অনন্দা/ব্লিস ফংলে। অনন্দা/ব্লিস হায়বসি ঈশ্বরগী নুংঙাইবা হায়বনি। অবাবা নুংঙাইবা অনিগী মথক্কি। মসি ফংলগদি অবাবা অমুক লৈররোই। সংসার অসি অবাবগী মকোলনি। সংসারগী অবাবা অশিবা মকোল অসিদগী নাম্থোক্তুনা অনন্দা ফংনবা হোৎনবনি। অনন্দা ফংনবা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎপা তাই। ঈশ্বরগী লম্বীদি গৌতম বুদ্ধনা নিংথৌ ওইবা থাদোক্তুনা মোক্ষ ওইনা চৎখিবা লম্বী অদুনি।

**************

**"Strength is life, weakness is death"**

***- Swami Vivekananda-***

# Chapter - 5

## ডিসপেসন্

মুনিশিংনা অরোইবা ওইনা পারা তম্বসি মহাক্কী হকচাং, বোডিদগী তম্মী। মীওইবগী হকচাংনা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশকশিংদা মিৎতাবা পাম্মী। অদুবু মীওইবগী হকচাংনা মাগী মতম লোইরক্লবা মতমদা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা অপাম্বা থম্লক্তে। তানশিল্লুবা য়াম্লবা শেল-থুম, লৌশিনলুবা লন-থুম ময়াম অমা মফম মতম চানা থম্বা ঙমহৌদবনা অহল ওইরবা হকচাংদা অৱাবা চৈথেং কয়া পী। মতাং অসিদা হায়নবা ৱাহৈ অমা লৈ মদুদি, মীওইবনা মেটেরিয়েলগী নুংঙাইবা খুদিংমক অরোইবদদি মেটরিয়েলগী অৱাবা মায়োক্লে। মরম অসিননি ঈশ্বরগী লাইরিক্লা হায়রি মদুদি মেটরিয়েলগী নুংঙাইবা খুদিংমক চহি ৫০গী মতুংদগীদি থাদোক্লবা হোৎনৌ। ঈশ্বরগী লাইরিক্লা অমুকসু হায়রি মদুদি "অহানবদা মীওইবগী হকচাংনা সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক অমদা মিৎতারগদি অপাম্বা পোৎশক অদু ফংনবা হোৎনরো। ফংলবা মতুংদা নহাক্লা শীজিন্নরো। মদুগী মতুংদা নহাক্লা পামদবা হায়বা মতম অমা শোইদনা লাক্কনি। মতম অসিদা নহাক্কী অরোইবা পারানি।" মসিগী অর্থদি সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক্তা অপাম্বা অমুক হন্না থম্লগনু। মীওইবগী হকচাংনা পামদবা ফাওরকপা ইংলিসতা হায়রগা ডিস্পেসন মতম অসিদা ৱাখল শান্তি থম্বা ঙম্লকই। ৱাখল শান্তি থম্লগদি পুন্সি ইংনা তপ্না পানবা ঙম্মী। মীওইবগী হকচাংনা সংসারগী পোৎশকশিংদা পামদবা কল্লক মীহৌবা লৈতবা মতম অদুদা

মীওইবনা মীওইবগী পুন্সি ঈপাক অসি য়াম্না লাইনা লানবা ঙম্মী। ইংলিসতা অসুম্না হায় মদুদি - Dispassion is the boat which takes the soul across the ocean of worldliness.

মীওইবগী হকচাংনা সংসারগী পোৎশকশিংদা কা হেন্না অপাম্বা থম্লগদি মদু অফবগী খুদম নত্তে। অদুগা মীওইবগী হকচাংনা করিগুম্বা ঙমজবা খর মীওইবদা সেবা তৌবগী অপাম্বা অদুমদি অফবা খুদম অমনি। ঈশ্বরগী লাইরিক্লা হায়রি মদুদি মীওইবগী হকচাংদা ফাওরকপা অপাম্বগী ৱাখল অদু হেক্তা পাঙথোকপা তৌগনু। অপাম্বগী ৱাখল অদু মতম খরা বুদ্ধিদা থাদৌ হায়বদি অপাম্বা অদু অচুম্বরা, অরানবরা নৎত্রগা অশেংবরা শেংদবরা হায়বদু বুদ্ধিদা জজমেন্ট তৌবনি। মসিগী জজমেন্ট অসিবু ইংলিসতা হায়রগা - Discrimination between the Real and the Unreal কৌই।

হকচাং, বোডি হায়বসি অহোংবা নাই মদুদি অঙাংদগী অহল ওইরকই। অহোংবা নাইবা হকচাং অসিদা হকচাংগী অপাম্বা ঙাক্তা চৎপা ফত্তে। হকচাংনা অপাম্বা অদু অরানবা লম্বীদা চৎলগদি অৱাবা মায়োক্নে। অদুবু হকচাংগী অপাম্বা অদু অচুম্বা লম্বীদা চৎলগদি অফবা ওই। হকচাং বোডিনা অফবা অমসুং ফত্তবা অনীমক তৌবা ঙম্মী। হকচাং বোডি লৈবা মরম্মসু অচুম্বা লম্বীরা নৎত্রগা অরানবা লম্বীরা হায়বসি খঙদোকপা ঙম্মী। মরম অসিনা মুনিনা হকচাং বোডিদগী মরুওইবা পারাশিং তম্মী।

মীওইবগী হকচাংগী অপাম্বা পেলহন্নবা হোৎনবদা, মীওইবনা য়াম্না ৱানা থবক কন্না শুদুনা লন-থুম তানশিল্লি। মচা-মশু য়াম্বা ফেমিলি অমসু শেম্মী। মরি-মতা য়াম্নবা হোৎনৈ। মসিদগী হেন্দোক্নুনা মীনাই ময়াম অমসু থম্মী। করিগুম্বা কান্দা পৈশা পায়বা নুপানা নুপী ২/৩ থিদুনা মচা ১০/১৫ ফাওবা পোকপা য়াওই। সেক্স প্লেজরদা নুংঙাইজবা অমদি মখল কয়াগী থবক কর্ম্ম তৌবনা মরম ওইদুনা নুপা অদুগী মপুন্সি অরোইবদা অৱাবদা তাই। হোলি লাইরিক্লা হায়বা অমা লৈ মদুদি - মী অমনা মচা মশু নুপী অঙাং য়াম্না পোকপা, লৈবা পাম্লগদি মহাক অদু অমুক পোক্কনি, অমুক শিগনি হায়বদি পোকপা শিবা

হায়বা সাইকল অদুদা অদুম.উংদুনা লৈগনি। মহাক্না ওইগদৌরিবা মপোক্কী জীব অদুদি শা- ঙা ওইবা য়াই উচেক ওইবা য়াই, মীওইবা ওইবা য়াই। মদুদি মানা তৌরুবা কর্মাগী ফলনি। মীওইবগী মপোক অসিদি অরাংবা থাক্কী মপোক্নি। থরায়না অতোনবা জীব শা- ঙা, উচেক- রায়াদা পোক্লুরবা মতুংদা মীওইবগী মপোক য়ৌরকপনি। মীওইবগী মপোক্তদি অচুম্বা অরানবা অদু হকচাংগী বুদ্ধিনা খঙবা ঙম্মী। মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা মী অদুখক্না অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বী থিবা ঙম্মী অমদি মুক্তি/নির্ভান/আত্মা নিংতম্বা ফংবা ঙম্মী।

আত্মা নিংত্মবা ফংবা ঙল্লগদি অমুক হন্না পোক্লরোই, পোকপা শিবা হায়বা সাইকলদগী নাম্থোকপা ঙল্লে, ঈশ্বর ওল্লে। য়াম্না লুরিবদি মীওইপোক ফংনবা ঐখোয়না অচুম্বা লম্বী থিহৌদবদগী হকচাংগী অপাম্বা অরানবা লম্বীদতা চংশিল্লুবদগী অমুক হন্না হন্থবা মপোক হায়বদি শা- ঙাগী মপোক্তা পোকপা অসিনি। মসিনা তাকপদি অমুক কাখৎ অমুক কুমথা তৌদুনা লৈরে। ঈশ্বরনা হায়বা অমা লৈ মদুদি জীবশিংনা মীওইপোক য়ৌদ্রিবা ফাওবদি ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বী খঙবা ঙমদে। জীব খুদিংমক মীওইপোক য়ৌনবা হোৎনৈ। হন্থবা মপোক শা- ঙাগী মপোক্তদি অচুম্বা খঙবা ঙমদনা হকচাংগী অপাম্বা লোমদা লোইনা চৎলি। হকচাংনা তেল্লবা মতম খরা হিংবা অসিদা অচুম্বা লম্বী থিবা দরকার ওই। মীওইবগী মপোক্তা সেক্স প্লেজর য়াম্না দরকার ওইদে। হায়রিবা সেক্স প্লেজর অসিদি হন্থবা মপোক্তসু লোইনা ফংঙি। মরম অসিননি মীওইবগী মপোক খক্তদা সেল্ফ রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্মী। হায়রিবশিং অসি মুনিনা হকচাংদগী পারা তমদুনা মফম খুদিংদা কোইনা চত্নুনা নুংঙাইনা হিংঙি। ঐগী অশেংবদি ঐগী থরায়নি, সেল্ফনি।

**************

**"He who treats all creatures with equal care earns my special devotion (18-54:Gita)"**

***- Sri Krishna-***

## Chapter -6

# নির্ভান ফংনবা লম্বী মঙা

মীওইবগী ব্রাখল অসি অশেংবা অমা ওইনা থমগে হায়রগদি ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক অদুগা য়াম্না মরি লৈনৈ। মসিনা তাকপদি ঐখোয়না ফত্তবা শেংদবা থবক তৌরগদি ঐখোয়গী ব্রাখল অদুসু শেংদবা ওইগনি, ব্রাখল লৈতাবা ঙম্লোই। অদুবু ঐখোয়না অফবা অচুম্বা থবক তৌরগদি ঐখোয়গী ব্রাখল অদু ইংবা তপ্পা শান্তি লৈবা ওইগনি। মরম অসিনা ঐখোয়না করম্বা অচুম্বা থবক তৌগদগে হায়বদু থিবা তাই। কান্নদবা থবক, মথা শাবা থবক, পুন্সি তেনবা য়াবা থবক, পাপ চেনবা থবক, চিন্তা পুবা লোইবা নাইদবা, ব্রাথোক চাউবা থবক অমত্তা তৌবা ফত্তে। ফত্তবা থবকশিং তৌবনা ব্রাখলদা অরুম্বা অমা পূহল্লি অমসুং প্রোব্লেম ময়াম অমসু ওইহল্লী। মীওইবনা অচুম্বা লম্বী থিদুনা অচুম্বা থবক তৌদুনা হিংবগী অর্থ লৈবা পুন্সি অমদি দরকার ওই। ঐখোয়না তৌরিবা অচুম্বা থবক অদুনা শাংলবা পুন্সিগী ঈপাক অসি ইংনা তপ্না লানবা ঙমগনি। ঙাইহাক্কী ইনাকখুনবা, খন্থহৌদবা অরানবা শেংদবা থবক তৌরুবদগী শাংলবা পুন্সিগী ঈপাক লানবা ঙমদদুনা ইয়াইদা নিংঙমদনা চিন্তা পুদুনা শি। মরম অসিনা মীওইবনা অচুম্বা পুন্সি, অচুম্বা থবক অনী অসি খঙবা দরকার ওই। মসি খঙলগনি হিংবগী অর্থ লৈরে। য়াম্না ঙক্লিবদি মী অয়াম্বনা অচুম্বা পুন্সি লম্বী খঙবা ঙমদবা অসিনি। গৌতম বুদ্ধনা অচুম্বা লম্বী থিদুনা অচুম্বা থবক তৌদুনা নির্ভান ফংখি।

4900০



গৌতম বুদ্ধদি লাই নিংবা, ঈশ্বর লাৎপা অমত্তা তৌখিদে। মহাক্তি অচুম্বা-ট্রুথ হায়বা য়ুম্ফমদুদা থবক তৌখিবনি। মরম অসিনা হৌজিক্কী মতমদা গৌতম বুদ্ধগী পাউতাকশিং অসি মীওইবদা য়াম্না কান্নবা অমা ওইরে। মহাক্কী পাউতাকশিং অয়াম্বা মীওইবগী থবক্‌ য়াম্না মরী লৈনবা মরম্না ঐখোয়গী মরক্তা ঈশ্বর থাজবা- থাজদবা, লাইনিংবা- লাইনিংদবা অনীমক্তা কান্নবা পীরি। ঐখোয়না নির্ভান পুরা ফংবা ঙমদ্রগসু ঐখোয় খুদিংমক্না নুপা ওইরো, নুপী ওইরো, ইমুং- মনুং ফেমিলি ওইরো নির্ভান ফংনবগী লশ্মী মঙা অসি প্রাক্টিস খরা তৌরগদি ঐখোয়দা অচুম্বা ৱাখল, অচুম্বা ৱাহৈ অমসুং অচুম্বা থবক খরদি তৌবা ঙমগনি। নির্ভান ফংনবগী লশ্মী মঙা অদু শন্নপ্না নৈনসি ঃ

অহানবদা ঃ - সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক অহোংবা নাই। খুদম অমা হেক্তা হায়রবদা মীওইবা অসি নহা ওইরম্বদগী চহি ৫০/৬০ শুজিল্লক্কুনা অহল ওইশিল্লকই। নহা ওইরিঙৈদা তৌবা ঙম্বা থবক কয়ামরুম অহল ওইশিল্লক্কুবা মতমদা হায়রিবা থবকশিং অদু হেক্তা তৌবা ঙমদে। নহা ওইরিঙৈ পাঙ্গল কল্লিঙৈদা অফ- ফত্ত থবক অনীমক তৌবা ঙম্মী। নহা ওইরিঙৈদা ফত্তবা থবক কয়া তৌখিবগী মহৈ অদু অহল ওইরক্লবা মতমদা মদুগী ফত্তবা মিংচৎ অদু ফংঙি। মরম অসিনা অহোংবা নাইবা সংসার অসিদা ঐখোয়না মুন্না ৱাখল খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি নহা ওইরিঙৈদা তৌবা ঙম্বা ফত্তবা থবক, নাপল কাবা অদু হন্থহনবা ঙম্মী নৎত্রগা তৌদবা ঙম্মী।

অনিশুবদা ঃ - ঐখোয় মীওইবগী হকচাং অসি লায়না অমনা হেক্তা নাবা য়াই। মীওইবা খুদিংমক লায়না অমনা নারগা শিবা ঙাক্তনি হায়বদি লায়না অমনা হকচাং কয়াৎ অমদা হেক্তা লান্দারকই। মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা নাইবা, শাফবা হকচাং মতমগী মতুং ইন্না শিথরকপা নাইবা ওইবনিনা ঐখোয়না ৱাখল খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি হকচাং ফরিঙৈদা ফত্তবা থবক তৌবা, হকচাং ফবগী নাপল হন্থহনবা ঙম্মী নৎত্রগা থিংবা ঙম্মী।

অহুমশুবদা ঃ - মীওইবনা পোক্লগদি শিবা হায়বা অমদি শুকশোয় শোয়দবা লৈরবনিনা ঐখোয়না ৱাখল মুন্না খল্লগা মেডিটেসন তৌরগদি হিংলিঙৈগী পুক্সিদা ঐদি তৌবা ঙম্মী হায়দুনা মাংন- তাক্লবা শিনবা, মী হাৎপা, অমগা অমগা

খৎন- চৈন্নবা শিনবা, থৌদোক- ৱাথোক, ইরাং- তুরাং শাগৎহন্নবগী তৌবা ওন্বা নাপল অদু হন্থহনবা ওন্মী নৎত্রগা থিংবা ওন্মী। মসিগী অর্থদি পুন্সি হায়বসি শান্তিদা চত্থগদবনি। ইরাং শাগৎকনু, চফু কায়রগা কাক্লা হরাওই হায়বা থৌদোক- ৱাথোক শাগৎহনগনু। পোৎ খুদিংমক, থবক খুদিংমক খন্থরগা ইংনা তপ্না লোইশিনবা য়াবা ওাক্তনি।

মরিশুবদা ঃ - সংসারসিদা ঐগীনি হায়বা পোৎশক খুদিংমক অহোংবা নাই হায়বদি ঐগী পোৎশক অদু ঐঙোন্দগী থাইদোকখি নৎত্রগা পুরা মাংখিবা য়াওই। মসিগী অর্থদি ঐগী ওইরম্বদু ঐগী ওইরক্তে। মরম অসিনা ঐখোয়না ৱাখল মুন্না খল্লগা মেডিটেসন তৌরগদি ঐখোয়না কা হেন্না মরম চাদনা লন- থুম তানশিনবা খোপচিনবগী অপাম্বা অদু হন্থহনবা ওন্মী নৎত্রগা থিংবা ওন্মী। মসিদা খঙবা য়াবা অমদি ঐখোয়না লন- থুম ময়াম অমা তানশিল্লুরবা মতুংদা অরোইবদা লন- থুম অসি তপ্ন- তপ্না অমুক চথোকখি। লন- থুম তপ্ন- তপ্না মাঙথরকপা অসিদা ঐখোয়গী ৱাখলদা নুংঙাইতবা পোকই।

মঙাশুবদা ঃ - সংসারসিদা ঐনা তৌরুবা অফবা ওইরো, ফত্তবা ওইরো, মদুগী মহৈ অদু ঐনা শোয়দনা ফংগনি। ফত্তবা থবক্তি ফত্তবগী মহৈ ফংগনি। মরম অসিনা ঐখোয়না ৱাখল মুন্না খন্থরগা মেডিটেসন তৌরগদি ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা ৱাহৈ, ফত্তবা থবক, তৌবগী চাং হন্থহনবা ওন্মী নৎত্রগা থিংবা ওন্মী মসিনা তাকপদি অফবা থবক অচুম্বা থবক খংদোক্লুনা তৌবা ফৈ। গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক মঙা অসি ঐখোয়না প্রাক্টিস তৌরগদি ঐখোয়গী ফত্তবা নাপল, কা হেনবা অপাম্বা অদু থাদোক্লুনা অচুম্বা লম্বীদা চঙদুনা নির্ভান ফংবা ওমগনি।

(Sermons and Saying of the Buddha, Mumbai : Chetana, P. 49-50)

**************

**"Moderation is not only an ascetic rule, but also a way of salvation for humanity"**

**- Pope Benedict XVI -**

# Chapter -7

## মায়াদা ঙাওবা

মীওইবনা সংসার অসিদা পেন্নাইবা ঙমদে হায়বদি মায়া সংসার অসিদা ঙাওই। অপান্বগী অপান্বা ঙাক্তনি। মীওইবগী অপান্বা অদু ফংনবা হোৎনবদা মীওইবগী তৌগদবা থবক অসি য়ামশিল্লকই। মরম অসিদগীনি মীওইবগী সংসার অসি য়েংবদা থবক য়াম্না চিন্না উই। কনা অমনা মিংচৎ থম্নবা হোৎনৈ। কনা অমনা নুপী অঙাং, মচা-মশু ময়াম অমগী থবক ময়াম শুই, কনা অমনা ইনাকখুনবা, ফুরা দলাল অমদি শক্তি লৈবা ওইনবা হোৎনবদা অরানবা কয়া অমসু তৌনরি। মী অমগী অমগী মরক্তা অহেনবা তান্নদুনা Comparison তৌনরি। মীওইবনা চম্না হিংবগী মথক্তা কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা Identity issue কয়া পুথোক্তুনা কাংলুপ কাংলুপগী ওইবা খৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা কয়া থোক্লক্লি। হায়রিবশিং অসি মায়া সংসারগী ওইবা শক্তম মগুণ ঙাক্তনি। হায়রিবা মায়া সংসারগী ওইবা শক্লোন অসি মুনিশিংনা য়েংবা পামদে, মদুদা চংবসু পামদে। মায়াদা ঙাওবা মীশিংনা মায়াগী নুংঙাইবা অৱাবা ফংগনি। মায়াগী অৱাবা নুংঙাইবদি অদুমক চখদুনা লৈ লোইবা নাইদে। পোকপা শিবা অৱাবা নুংঙাইবা মায়াগী শক্লোন্নী। মায়াগী নুংঙাইবা পামদবা মরম্না মুনিশিংনা মায়াগী অৱা-অনা করিমত্তা থেংনদে। মায়াগী পোৎশক্না মুনিশিংগী ৱাখল্দা লাংতক্লবা পোকহন্দে। মায়াগী থৌদোক ৱাথোক খুদিংমক সোলভ তৌবা মুথৎপা ঙল্লোই। মায়াদা ঙাওবা মীশিংনা মায়াগী থৌদোক ৱাথোকশিং অসি

পুশিল্লকপা থোকহনবা ঙাক্তনি। মখোয়গী পুন্সি লোইবা মতমদতা হায়রিবা থৌদোক ব্রাথোক অসি লোইশিনখিগনি। মসিনা তাকপদি থৌদোক অমগী মতুংদা অতোপ্পা ম্যায়াগী থৌদোক অমা হেক্তা লাক্কনি। মুনিশিংনা সংসারগী ওইবা থৌদোক ব্রাথোকশিংদা সোলভ তৌনবা হোৎনদে। মসিগী মরমদি ম্যায়াগী থৌদোক ব্রাথোক খুদিংমক ম্যায়ানা থোকহনবনি অদুগা ম্যায়ানা অদুমক লোইশিনগদবনি। ম্যায়াগী পোৎশক খুদিংমক্তগী মুনিশিংনা লাপথোক্না লৈ। ম্যায়াগী অব্রাবা মুনিশিংনা য়াওনিংদে।

মীওইবনা সংসার অসিদা নুংঙাইনা অব্রা অনা য়াওদনা হিংবা পাম্মী। য়াম্না হেন্না নুংঙাইবা পাম্বনা শেল থুম হেন্না তানশিল্লি, ফুরা দলাল শাই, নুপী অঙাং মচা-মশু মরি মতা, অচৌবা লিংনবা হোৎনৈ। লন- থুম য়াম্না চাওনবা হোৎনৈ। হায়রিবা পোৎশকশিং অসি তানবা ফংনবা হোৎনবদা কন্না হোৎনবা তাই। কাহেনবা লন-থুম থমবদসু অব্রাবা ওই। ইনাক খুনবনা মহাক্কী লন-থুম মাংদনবা হোৎনবদা অব্রাবা ওই। লন-থুম খুদিংমক অহোংবা নাই, অরেপ্পা মপু পান্দে। লন-থুম হেন্না তানশিল্লিবা মী অদুনা মতম চানা রিনাউন্স তৌবা ঙমহৌদ্রগদি মপুন্সি ব্রাগনি, তেনগনি।

মীওইবনা মায়া সংসার অসিদা করম্না চুম্না নুংঙাইনা পুন্সি লেনগনি হায়বা খঙগে হায়রগদি মায়া সংসারগী অরোনবা Secret খংবা ওঝা অমা থিবা দরকার ওই। ওঝা অদুনা হোলি স্ক্রিপচরগী মরমদা মুন্না খঙলবা অমদি আত্মা জ্ঞ্যান, থব্রায়গী ওইবা পুন্সি মহিং খঙলবা, মশাদা Supreme Peace ফংলবা, ওঝা ওইবা মী অমগী পাউতাক লৌবা দরকার ওই। ইশাদা শান্তি থমগে হায়রগদি সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা অপাম্বা ঐগী ওইবা থমদবা হায়বনি। ঐগী ওইদবা, পামদবা Dispassion হায়বা অসিনা ইশাবু শান্তি থম্বা ঙম্মী। ঐগী ওইবা পোৎশক খুদিংমক Renounce থাদোকপা ঙম্বনা পুন্সি ঈপাক লাইনা লানবা ঙমগনি।

মীওইবনা সংসার অসিদা তৌরিবা থবক্কী মওং মতৌ অসি অহুম থোক্না খাইদোকই। অহানবগীনা - সেক্স প্লেজর কন্ট্রোল তৌবগা লোয়ননা মীওইবগী য়াইফনবা তৌবা থবকপুনা Prescribed work হায়না কৌই। হায়রিবা থবক

অসি মুনিশিংনা মথৌদাং অমা ওইনা পাংথোকই। মুনিনা তৌবা থবক খুদিংমক মনিং তম্না তৌই। থবক তৌবা অদুগী মহে অদুসু কখোকপা ঙম্বা মরম্না থবক অদুদগীসু মনিং তম্বা ঙম্মী। থবক অমা তৌবদা থবক অদুগী মহৈদা Attachment লৈতে।

অনিশুবদা - মীওইবনা মশাগী ইন্দ্রি সেন্স কন্ট্রোল তৌবা ঙমদবা, মশাগী সেন্সকী মখা পোন্না থবক তৌবা হায়বদি সেন্সকী মীনাই ওইবা, থবক তৌবদসু মনিংতম্না অচুম্বা থবক তৌবা ঙমদবা, মশাগী সেন্স মাষ্টর ওইবা ঙমদবনা ব্রার্ন্ডলিনেস ওইবা, ম্যায়াগী ওইবা থবক তৌবা অদুবু Unprescribed work কৌই। অহুমশুবদা - হায়রিবা থবক অসিদনা অরানবা পাম্বৈনা শেল তানবগী থবক্কী শন্না হায়রবদা খুৎশু খুৎলাই নোংমৈ য়োনবা নত্রগা নিশা ড্রগ পোৎশক য়োনবা অমদি নুপী অঙাং য়োনবা ললোনবগী থবকশিং অসিনি। মসিবু Prohibited work হায়না কৌই।

জ্ঞ্যান লৈবা মুনিনা মহাক্কী লেংদবা অরেপ্পা আত্মা থৱায়গী অপাম্বদা চৎলি। মুনিনা হকচাং বোডি হায়বসিদি আত্মাদগী তোঙাল্লী হায়না লৌই। মসিগী মরমদি হকচাং বোডিগী অপাম্বদি অরেপ্পা লৈতে। মী অমনা হকচাংগী অপাম্বা ঙাক্তা চৎলগদি মহাক্কী ৱাখল অসি লৈতাবা ঙমদে। অচুম্বা অরানবা খঙদবনা সংসার অসিদা অপাম্বগী অপাম্বা পোৎশক ঙাক্তা মমিৎতা উই। ম্যায়াগী অরানবা পোৎশকশিং অদু অচুম্বনি হায়না লৌই। হকচাংগী অপাম্বা থাদোকপা, সেন্স কন্ট্রোল তৌবা, সেন্সগী প্লেজর পামদবা, ৱাখল লৈতাবা ঙম্বা মীনা সংসারগী অরোনবা অরানবা ম্যায়াগী পোৎশকশিং মশক খংদুনা মশাগী অরেপ্পা ওইবা সেল্ফতা চংদুনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙম্মী। সেল্ফকী নোলেজ খংলবা মীনা মাগী ৱাখল অদু অৱা- অনা য়াওদনা নুংঙাইনা Blissful ওইনা লৈবা ঙম্মী।

থৱায় সেল্ফকী পুক্সি লম্বীদা চঙশিনগে হায়রগদি অরেপ্পা লৈবা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা তাই। হায়বদি Infinite ওইবা হায়বনি। মসিগী অর্থদি অহৌবা অমদি অরোইবা লৈতবা হায়বনি। খুদম অমা নৈনবা য়াই মদুদি হকচাংগী সেন্স প্লেজর খুদিংমক অহৌবা নাই অদুগা অরোইবসু নাই। অহৌবা অমসুং অরোইবা নাইবা সেন্সকী নুংঙাইবনা ৱাখল শান্তি থম্বা ঙমদে। সেন্স ওর্গান্না সেন্স

ওইজেক্কতা নুংঙাইবা অসি ঙাইহাককী ওই, তুং কোইনা নুংঙাইবা ঙমদে। ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা থাদোক্কুনা তুংকোইনা নুংঙাইবনা শান্তি লৈনা হিংবা ঙম্মী। থবক তৌবগী মহৈ Renounce তৌবা ঙম্বা, ব্রাখল ফাজিনবা, মপাল থোকহন্দবা, সেন্স কন্ট্রোল তৌবা, ওইজবা থিদবা, খাংবা কনবা, অরেপ্পা লৈবা, অচুম্বা থাজবা থম্বা অমদি ঈশা অসে মনিং তম্মা হিংবা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বশিংসি মীওইবনা পুন্সি চুম্না হিংবদা চংবা দরকার ওইবা ঙাক্কনি।

**************

**"The World make you suffer; Be Brave,
I've defeated Worldly Things."
- Jesus Christ -**

## Chapter -8

# হ্যুমেন বোডি

মুনিনা অসুম্না থাজে মদুদি থৱায় সেল্ফনা মীওইবগী হকচাং বোডি ফংবা ঙম্বা অসি অফবা অচুম্বা থবক কর্মা তৌবদগী ফংবনি, তরাইনা ইচম চম্না ফংবা নত্তে, কন্না হোৎনদুনা ফংবনি। থৱায়না অপিকপা হন্থবা lower ওইবা জীব Species শিংদা মপোক কয়া পোক্লুরবা মতুংদা অরোইবা final ওইবা মীওইবগী মপোক, মীওবগী হকচাং অসি ফংবা ঙম্বনি। হায়রিবা মীওইবগী মপোক, হকচাং অসিসু শিবা নাই। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী মপোকথক্তদা মীওইবনা মাগী পুন্সিগী অশেংবা অচুম্বা Supreme goal ফংবা ঙম্মী। মীওইবগী হকচাংনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মতম খরা হিংবা মতম অদুদা মীওইবনা নিংতম্বা পুন্সি অমা ফংবা ঙম্বা অদুনি। নিংতম্বা অসি ম্যায়া সংসারগী ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা অফা অপুন অৱা- অনা বোন্দেজদগী নাম্থোক্তুনা নিংতম্বা ফংবা অদুনি। মসিবু ইংলিস্তা হায়রগা Renunciation তৌরগা Liberation নিংতম্বা ফংবা কৌই। মীওইবা অয়াম্বনা মীওইবগী মপোক্তা সেন্স প্লেজর ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা মখল মখা কয়াগী নুংঙাইবা ফংনবা হোৎনদুনতা লৈ। মখল কয়াগী সেন্স প্লেজর ফংনবা হোৎনবদা অমদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা ফংলবা মতুংদগীদি ম্যায়াগী লাংদা থুবা হৌরে হায়বদি ৱার্ল্ডলিনেস ওইরে। ৱার্ল্ডলিনেস ওইরবদি সংসারগী অৱ- অনা চৈথেং কয়া মাইয়োক্লুরে। মুনিশিংনা থাজে মদুদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা সেন্স প্লেজর অসি মীওইপোক খক্তা নত্তনা অতোনবা অপিকপা জীবশিংগী lower species

মপোক্তসু নুংঙাইবা অসি চপ মান্ননা ফংঙি। মীওইবগী মপোক্কা অপিকপা জিবশিংগী মপোক্কা খেৎনবা হায়ববু মীওইবগী মপোক্তদি মীওইবা জীবনা অচুম্বা জ্ঞ্যান খংবা ঙম্বগী শক্তি হায়বদি সেল্ফ রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। হকচাং বোডিগী খুদক্কী ওইবা অপাম্বা অদু মীওইবগীদি থিংবা কন্ট্রোল তৌবা ঙম্মী। অপিকপা জীব শা- ঙাগী মপোক্তদি হকচাং বোডিগী অপাম্বনা লমজিংদুনা চৎলি। অচুম্বা জ্ঞ্যান খনবগী শাক্তি লৈতে। য়াম্না ঙকপা অমনা মীওইবনা অচুম্বা জ্ঞ্যান self realisation তৌবা ঙমদ্রগদি শা- ঙানা চৎপা লিচৎ শাজৎকা চপ মান্ননা চৎলি। মসিননি মীওইবনা শা- ঙাগী লিচৎ চৎলি হায়নরিবসি। Self realisation তৌবা ঙম্বা মীওইবগী মপোক অসিদা মখল মখা কয়াগী নুংঙাইবা Sense Pleasure থাদোক্তুনা মুনিশিংনা অৱাংবা থাক্কী নিংতম্বা Ideal পুন্সি লম্বী চৎপা ঙম্মী। মখল মখা কয়াগী Sense Pleasure পান্নীবা মীনা কৈদৌঙৈদা অফবা অচুম্বা থবক অমত্তা মপুং ফানা তৌবা ঙম্লোই। মখল মখা কয়াগী Sense Pleasure অপাম্বা খুদম পনবা য়াবদি, নুপানা নুপী ২/৩ লোনবা, মচা- মশু য়াম্না পোকপা, লন- থুম কাহেন্না তানশিনবা, অচৌবা ইমুং- মনুং, মরি মতা খুৎলিংবা, মীনায় মশেন থম্বা, সেক্সকী নুংঙাইনবা ময়াই কাবা চিঞ্জাক চাবা থকপা নুংঙাইথোকপা অসিনচিংবনি। মখল মখাগী Sense Pleasure গী নুংঙাইবা অসিনা অরোইবা মতমদা মীওই অদুদা অৱা- অনা চৈথেং শোয়দনা মাইয়োক্লগনি।

ম্যায়া সংসার অসিদা থৱায় পানবা জিব খুদিংমক অমুক পোকপা অমুক শিবা birth and death হায়বা cycle অসিদা উংদুনা লৈ। জিব খুদিংমক্তা ম্যায়াগী অৱাবা নুংঙাইবা, কপ্পা নোকপা, মৈশা লাংবা খুদিংমক মাইয়োক্লে। ম্যায়াগী অরোনবা শক্লোন খুদিংমকপু খংবা ঙম্বা ওঝা ওইবা মী অমদগী অচুম্বা অশেংবা জ্ঞ্যান অদু মীওইবা ঐখোয়না লৌশিল্লগদি ম্যায়াগী শক্লোন কয়া অসিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি, ম্যায়াগী শক্লোন মাইথিবা পীবা ঙমগনি। থৱায় পানবা জিবগী পোকপা শিবগী cycle (samsara), মপোক মপোক্কী ওইবা থৱায় পানবা জীবগী শক্লোন transmigratory existance, ম্যায়াগী ওইবা গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। ম্যায়াদগী নাম্থোক্লবা মী অদুগী থৱায় হকচাং ৱাখল অদু মনিং তম্বা Liberation ফংলে। শান্তি অনন্দা মুক্তি, নির্ভান ফংলে। মসিবু

মীওইপোক খক্তদা ফংবা Supreme Goal কৌই। ম্যায়া ব্বার্ল্ডলিনেস ওইবদগী মনিং তম্বা Liberation ফংবা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিনা হিংলিঙে মতমদা ওইবা তাই। মীওইবনা শিরগা ফংবা করিমত্তা লৈতে। হিংলিঙৈদা মনিং তম্বা ফংবা মীনা পোকপা শিবগী অব্বাবা লৈররোই, ম্যায়াগী অব্বা মৈশা লৈরোই।

সেন্স ইন্দ্রি কন্ট্রোল তৌবা, মাইন্দ কন্ট্রোল তৌবা ঙমবগী will power না মীওইবনা মনিং তম্বা হিংবা ঙমবগী থৌনা লৈ। কনাগুম্বা মী অমনা পুন্সিদা থবক ময়াম অমা তৌরগসু মহাক্কী ইন্দ্রি সেন্স কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রগদি মহাক্না তৌরিবা থবক খুদিংমক অরোইবদা মহে চাবা অমত্তা ফংলোই। মসিগী খুদমদি য়াম্না পিক্না যুবা চফু অমদা থক্লবা ঈশিং থম্বা য়োকপগুম্বনি। পিক্না যুবা চাফুদা ঈশিং য়োকপা অদু তপ্ন তপ্না যুথদুনা মাংখি। ঈশিং থকপা ফংলোই। মীওইবনা শুরি নোম্লিবা খুদিংমক sense superconscious লৈহৌদ্রগদি পুম্নমক অরেম্বদা তপ্ন তপ্না কান্নবা খঙদনা অরেম্বদা মাংখি। মীওইবনা য়াম্না মরুওইনা খঙগদবা পাবা অমনা ম্যায়াগী শক্লোন্না পীরিবা অমদি ম্যায়াগী হকচাংদা ফাওরিবা ইহুনশিং অসি অচুম্বা অরানবা কয়া কুপ্না নৈনবা ঙম্লগদি, জ্ঞ্যান তাবা ঙম্লগদি অচুম্বা পুন্সি লম্বীদা চৎপা ঙমদুনা মীওইবা পুন্সিগী মায় পাকপা হায়বদু ওই। মতাং অসিদা স্কোলার কয়ানা মত্ অমা পীরি মদুদি - ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্বা, ম্যায়াগী পোৎশক পাম্বা মী অমনা মহাক্কী অপাম্বা অদু ফংনবা হোৎনহল্লসি।মদুদগী মহাক্কী অপাম্বা নুংঙাইবা ফংলবা মতুংদা ম্যায়াগী পোৎশক অদু পামদবা Dispassion শোইদনা মহাক্কী ব্বাখলদা ফাওরক্কনি। মতম অদুদা মী অদুগী wisdom লাক্লবনি। মতাং অসিদা ম্যায়াগী শক্লোন পোৎশক খুদিংমক থাদোক্লবা হোৎনবা তাই। ম্যায়াদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবদা ঈশ্বরদা চংজবা, ঈশ্বরগী মিংথৈ শোনবা অসিনা will power শক্তি অমা পী। ম্যায়াগী শক্লোন্দগী নাম্থোকপা ঙম্লগদি পুন্সিগী পাংথোক্কদবা পান্দম পাংথোকপা ঙম্লগনি। মীওইবগী পামদবগী গুণ Dispassion অসিদা ম্যায়াগী গুণ অহুম্না চংবা ঙমদে।ম্যায়াগী পোৎশকশিংদা পামদবা Dispassion ওইবা মীনা সংসার ম্যায়াগী ঈপাক worldliness অসি লানবা ঙম্মী।

ইনাক খুংবা মী অমনা মুনি / মোক্ষ অমা ওইখিবগী ব্বারি অমা লৈ। হায়রিবা

মী অসি অহানবদা লাইরনা হৌরকখি। য়াম্না কন্না শুনোম্দুনা চহি কয়া চঙনা ইনাকখুনবা অমা ওইনবা হোৎনখি। মমৈথংদা লনথুম পাইবা ইনাকখুনবা মী অমা ওইরে। মহাক্না ইনাকখুনবা ওইরবা ফাওবদা মীয়ামগী কান্নবা ফননবা করিমত্তা তৌদে, খন্দে, অরিকপা অদুম ওই। মহাক্না মীঙোন্দা মীনুংশি অমত্তা উৎতে। সংসারগী অরোনবা ম্যায়াগী ওইবা পোৎশক খুদিংমক, লনথুম খুদিংমক অহোংবা নায়, মপু পান্দে। মতমগী মতুংইন্না ইনাকখুনবা নুপা অদুদা, লনথুম ইনাকখুনবা হেন্না ওইনবা অচৌবা করবার business অমা তৌনবা মমান্নবা মরুপ অমনা ব্বারি শারম্মী হায়রম্মী। মদুদা মহাক্না থাজরদুনা অচৌবা করবার অদু তৌনবা হোৎনবদা মহাক্কী লনথুমগী শেলথুম খুদিংমক শিজিন্নরম্মী। মমৈথংদা করবারদা পুম্মিনরিবা co-partnerশিংনা মবুক শেংদবদগী মহাক্কী করবার মুথরকখি। মহাক্কী লন- থুম শেল য়াম্না মাংলবনিনা করবার business মথা তানা তৌনিংলক্তরে। মহাক্না ব্বানা তাঙ্জবা লন থুম সনা লুপা মাংখ্রবনিনা মহাক্কী ব্বাখল ব্বারে, ঙাওরে। মহাক্না খল্লে মদুদি অসুক ব্বাবা লনথুম মাংবগী চৈনা অসি খাংবা ঙম্নবগীদমক মহাক্কী লেমহৌরিবা লনথুম খর অদু মহাক্কী নুপী অঙাংদা শিন্নরল্লগা মহাক্না মুনি মোক্ষ অমা ওইনা মযুম মকৈ থাদোকখি। মহাক্না সংসারগী ম্যায়াগী ওইবা লনথুম সনা লুপা ইনাকখুনবা অমত্তা পামলক্তরে। ম্যায়াগী পোৎশক্তা পাম্লক্তবা অসিনা মঙোন্দা অব্বাবা পোথাবা ঙম্লক্লে। মসিনা মহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সি অদু নুংঙাইনা মুনি মোক্ষ অমা ওইনা লেনখি। মসিনা তাকপদি মুনি অমা ওইবা ঙম্বা হায়বসি হেক্তা ওইবা য়াবা নত্তে। ম্যায়াগী ফোর্স অব্বা চৈথেং ফংলবা মতুংদা মুনি ওইবনি। ম্যায়াগী অব্বা চৈথেং blow না মীওইববু শিংহল্লি।

**************

**"Look on your present life, then, you'll know what you've done in the past, Look on your present action & you'll know how you'll be in the future"**

***- Gautam Buddha -***

# Chapter -9

## মেডিটেসন

মুনিশিংনা মখোয়গী ৱাখল অসি লৈতাবা ওম্নবা মশাগী থৱায় সেল্ফতা মেডিটেসন তৌই। সেল্ফতা মেডিটেট তৌবা ওম্নবা হোৎনবা পাম্বে যোগা অদুবু অথোইবা Supreme যোগা হায়না কৌই। সেল্ফতা মেডিটেট তৌবা ওম্লগদি চাবা থকপা, তুম্বা, শুবা নোম্বা, হিংবা খুদিংমক শান্তি ওইবা কনা অমত্তগী মখা পোন্দনা Self Existance ওইনা হিংবা ওম্মী। মপালগী ম্যায়াগী পোৎশক্তা ইন্দ্রি সেন্সনা নুংঙাই পাম্বা অসি ঙাইহাক্তগী ওই। সেন্স ওবজেক্টনা লাপথোকখ্রবদা হকচাংদা ৱাখলদা অৱাৎপা শান্তি লৈতবা অমা ফাওই। মসিগী ফিভম অসিনি অৱাৎপা মখা পোন্না হিংবা হায়রিবসি। মনিংতম্না হিংবা ওম্বা মীনা অচৌবা মথৌ পাংথোকপা ওম্মী। মীখা পোন্না হিংবা মীনা মথৌ পাংথোকপা ওমদে। মুনিশিংনা মশাগী Will Power গা লোয়নননা মনিংতম্না হিংনবগীদমক নুমিৎ খুদিংগী Holy Scripture পাই, নৈনৈ। মসিনা মখোয়গী মাইন্দ কন্ট্রোল তৌবদা সেন্স কন্ট্রোল তৌবদা মতেং য়াম্না পাংঙি। মখোয়গী ওমজবা খৱা মীয়ামদা দান Charity মতেং সেবা তৌবা ওম্মী। মশাগী মথৌ নিয়ম চুম্না পাংথোকই। ধর্ম্মগী ওইবা নিয়ম নিতি ঙাক্লা চৎলি। সেন্স প্লেজর অমত্তা পামদে। মশাগী ওইবা খুদিংমক Renounce তৌবা ওম্বগী শক্তিনা মশাদা ৱাখলদা অৱাবা অমত্তা লৈহন্দে। মুনিগী ৱাখলদা শিববু জয় তৌবা ওম্মী হায়বদি পোকপা শিবা লৈতে হায়না মখোয়না লৌই। মখোয়গী ৱাখল, মখোয়গী ৱাঙাং অমদি

মখোয়না তৌরিবা থবক খুদিংমক কন্ট্রোল অমগা লোয়ননা নিয়ম নিতি চুম্না পাংথোকপা ঙম্মী। নিয়ম নিতি চুম্না চৎপা, থবক তৌবা ঙম্বনা মখোয়গী পাঙ্গল, থৌনা, মিংচৎ, পূন্য অশেংবা অচুম্বা হায়বদু মখোয়দা লৈ।

মুনি মোক্ষ অমা ওইনবা হোৎনবা অসি চৎনবা য়াবা পাম্বৈ অনি লৈ। মদুদি -

অহানবদা - অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইমিং লৌদুনা নিয়ম নিতি কায়দনা করিমত্তা অহোংবা লৈতনা পুন্সি লোইবা ফাওবা মোক্ষ মুনি অমা ওইনা লৈখিবা।

অনিশুবদা - Step Step নাইনা, Graduation ওইনা চথবগী মওংনি মদুদি মী অদুনা অঙাং ওইরিঙৈদা মহৈ মশিং লাইরিক নিংথিনা তমদুনা অচুম্বা জ্ঞ্যান ফংবা ঙম্লবা ছাত্র অমা ওইবা ঙম্বনি। মসিগী মতুংদা য়ুমকৈ পান্দুনা House holder অমা লৈবনি। মচা মশু শেম্লবা লোইরবা মতুংদা মহাক মতোমতা লৈবা পাম্বা, অতোপ্পা মীয়ামগা পুনবা লৈমিন্নবা পাম্লক্কবা অমদি ফেমিলিগী burden লনথুম, অফা অপুন বোন্দেজ খুদিংমক থাদোক্লবা Renounce তৌরবা মতুংদা মুনি ওইবনি। মসি শম্না হায়রবদা Worldliness ওইরম্বদগী Spiritual ওইরকপনি। অমরোমদা হায়রগসু ম্যায়াগী Worldliness গী মহাও Taste ফংলবা মতুংদা মদু থাদোক্লুনা Spiritual চংলকপনি। হায়রিবা লম্বী অনি অসিদা মীওইবা খুদিংমক মুনি ওইবগী প্রাক্টিস তৌনৈ।

মুনিশিংনা নুমিৎ খুদিংগী Holy Scripture পাদুনা প্রাক্টিস তৌদুনা মহাক্কী ব্রাখল, ব্রাঙাং, থবক খুদিংমক Holy ওইহল্লি অমদি থব্রায় সেল্ফকা মরি লৈনহল্লি। মুনিশিংনা Bliss of the Self হায়বা নুংঙাইবা অদু ফংবা ঙম্মী। কনাগুম্বা মীওই খরদি Holy Scripture পারগসু প্রাক্টিস তৌবা ঙমদদুনা, করিমত্তা হোৎনদবনা মদুগী অফবা মহৈ চাবা ঙমদে। মসিবু অসিগুম্না প্রমান পীনৈ। মী অমনা শঙ্গোম চাগে হায়না ষন লোইরগা শঙ্গোম পুথোকপা ঙমদবা, নুপী থিরগা নুপী অদু নিয়ম নিতি চুমদবা অশেংবা Chaste ওইদবা, মীওইবা ওইনা পোক্লগা মীথা পোনবা, শাফবা হকচাং বোড়ি অমা লৈরগা হিংবদনা মীগী মতেংনা হিংবা, ইচা (Children) লৈরগা ফত্তবা ইচা ওইবা, লনথুম সনা

লুপা ইনাকখুল্লগা ফত্তবা লম্বীদা চুমদবা লম্বীদা শিজিন্নথোকপা, ব্রা ময়াম অমা (Speech) ঙাংলগসু মচং ওইদবা, লৌবা য়াদবা, অর্থ লৈবা অমত্তা য়াওদবগুম্বনি। মসিনা তাকপদি মীওইবা ওইনা পোক্লগসু মীওইবনা চৎকদবা নিয়ম নিতি খণ্ডদ্রগদি মীওইপোক ওইনা পোকপগী কান্নদে, অর্থ লৈতে। Holy Scripture পারগা লৌশিনবা ঙমদ্রগদি মদু পারুবগী করিমত্তা কান্নবা ফংদে। জ্ঞান য়াওদবা মীওই খরদি মখোয়গী হকচাং বোডিদা ফাওরকপা ইন্দ্রিদা ফাওরকপা ইহুনশিং অদু হেক্তা থবক ওইনা পাংথোকই। ইন্দ্রিগী ইহুনশিং অদু থিংবা ঙমদে। মসিনা হকচাংদা অরোইবদা অরাবদা তাহল্লি। শা ঙা খুদিংমক হকচাং ইন্দ্রিগী ইহুন্দা চৎপা ঙাক্তনি। অশিংবা মীওইবা খরদি হকচাং ইন্দ্রিগী ইহুনশিং অদু লাকশিন্দুনা থরায়গী সেল্ফকী ওইবা লম্বীদা নিয়ম নিতি চুম্না চৎহনবা ঙমহল্লি।

মুনিশিংনা পীবা পাউতাক অমা লৈ মদুদি মীওইবনা হেক ঙল্লিবা মখৈ ব্রার্ল্ডলি প্লেজর/সেন্স প্লেজর থাদোক্লবা হোৎনৌ। সেন্স প্লেজর অয়াম্বা ব্রাখল হকচাংগী নুংঙাইবা, অরানবা Delusion ঙাক্তনি। সংসারগী মখল মখা কয়াগী সেন্স প্লেজর পাল্লিবা, নুংঙাইরিবা মী অদু মশাগী awareness of the Self লৈতে। মী অদু Non-awareness of Self ওই। ঙাইহাক্কী ওইবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা সেন্স প্লেজর অসি Self কী নুংঙাইবা ওইদে। খুদম অমদি মী অমনা তুল্লিরৈদা মামঙদা dream ব্রাখল হকচাংগী নুংঙাইবা ময়াম অমা তৌরম্লগা মিংকপ থোরকপদা নুংঙাইবা ময়াম অদু খুদক্তা মাংখিবগা চপ মান্নে। সেন্স প্লেজর খুদিংমক ঙাইহাক্কী ওই হায়বনি। অদুগা সেল্ফকী নুংঙাইবদি লোইবা নাইদে Blissful ওই। ব্রাখল হকচাংগী worldly pleasure খুদিংমক ব্রাখল হকচাংদা worldly bondage ওইহল্লি। মসিননি মীওইবনা ব্রাখল হকচাংদা রারিবা, মীখা পোল্লিবা অসি। সেন্স প্লেজর খুদিংমক unreal ওই। সেন্স প্লেজর পুম্নমক থাদোকউ হায়বা নত্তে মদুদা পুরা attachment ওইগনু হায়বনি। Attachment লৈত্রগদি renounce তৌবা ঙমদুনা সেল্ফ ফংবা ঙগনি। হায়নবা লৈ মদুদি চাবা থকপা ফত্তবা থবক তোইনা- তোইনা তৌরক্লগদি habit অমা ওইদুনা ফত্তবা অদু থাদোকপা ঙমদদুনা sense slave ওই Bondage ওই, Bonded labour ওই, মীখা পোল্লি। Renounce তৌবা ঙম্লগদি life freedom

ফংবা ওমগনি। মী অমনা Self knowledge জ্ঞান লৈরগদি মীওোন্দগী ইকাইবা অৱা চৈথেং কয়া ফংলগসু চৈথেং কয়া অদুবু খাংদুনা control তৌদুনা মহাক্কী ৱাখল ৱাঙাং থবক খুদিংমক মহাক্কী Self কী বুদ্ধি লৌশিংনা লমজিংদুনা অৱাংবা থাক্কি পুন্সি Self freedom নির্ভান ফংবা ওমহল্লি।

**************

**"Man cannot live on bread alone, but needs every word that God speaks"**

***- Jesus Christ -***

# Chapter -10

## সেন্স প্লেজর

মীওইবনা মখল মখা কয়াগী সেন্স প্লেজর পান্থনা সংসার অসিদা মখা পোন্না Bondage ওইনা হিংবনি। মুনিশিংনা ৱার্ল্ডলি বোন্দেজ অসি থাদোক্লবগীদমক সেন্স প্লেজরগী ওবজেক্ট ওইবা পোৎশিংদগী লাপ্না লৈ। ম্যায়া সংসার অসিদা মীওইবনা সেন্স প্লেজর পামদবা অমত্তা লৈরোই, মুনিশিংদি সেন্স প্লেজরদগী লাপ্না লৈবা ঙম্নবগী Will power অমা মখোয়না শেমজে। মখোয়গী ৱাখল হকচাং অসি ঈশ্বর নিংবগী/ঈশ্বরগী মাইকৈদা চংশিল্লি। মখোয়না সেন্স প্লেজর নুংঙাইবগী মহুত্তা ঈশ্বরগী নুংশিবা লোমদা (Love of God) চংশিল্লি। মুনিশিংনা ঈশ্বরগী মাইকৈদা চংশিনবা ঙম্নবগী Will power লৈনবগী শাজেন কয়ামুক তৌই। শাজেলশিং অদুদি অহানবদা - Holy company ওইবা, অচুম্বা অশেংবা World Renouncer ওইবা মীশিংগা মরুপ ওইবনি। হায়নবা অমা লৈ মদুদি "মী অমা কয়াম য়াম্না চম্মী, শেংঙি Holy ওই হায়বা খঙগে হায়রগদি মহাক্। তিন্নরিবা মরুপ মপাং শঙ্গদগী খংবা ঙম্মী"। অনিশুবদা - মখোয়না ঈশ্বরগী মিংখৈ নুমিৎ খুদিংগী শোনবনি। অহুমশুবদা - অফাওবা মুনি ঋষিশিং কয়াগী পুন্সি ৱারি লাইরিক পাবা নৈনবা, অমদি মখোয়গী পাউতাক নৈনবা অমদি লৌশিনবনি। মরিশুবদা - ধম্মগী ওইবা কর্মা অমদি ঈশৈ শকচা শোঞ্জবনি। হায়রিবা শাজেল exercise শিং অসি routine নাইনা চত্থরগদি ঈশ্বরগী মাইকৈদা চংশিনবা লাইনা ঙমদুনা সেন্স প্লেজর ওইবা ওবজেক্টগী

লাপথোক্লা লৈবা ঙম্মী। মসিনি মুনি ওইবা মীওইশিংনা প্রাক্টিস তৌরিবসি। মুনিশিংনা মখোয়গী ব্রাখল মাইন্দ কন্ট্রোল তৌনবগীদমক Spiritual disciplines গী মখা চৎলি। মখোয়না Bhakti Yoga Practice তৌই।Bhakti Yoga গী নিয়ম নিতিদি য়াম্না লাই মদুদি ঈশ্বরদা prayer তৌবা, ঈশ্বরগী মিংখৈ শোনবা repetition of the divine name অমদি সেল্ফতা Meditation তৌবনি। মসিগী নিয়ম নিতি অসিদা চথরগদি Spiritual potency হেনগৎহল্লি, মসিনা ব্রাখলবু পুরা কন্ট্রোল তৌবা ঙমহল্লি। মাইন্দ কন্ট্রোল তৌবদা মসিগী নিয়ম অসি নত্তবা অরাইবা পাম্বে অমত্তা লৈতে। মুনি নত্তবা common ওইবা মীওইবা মীশিংসু মসিগী অরাইবা প্রাক্টিস অসি নুমিৎ খুদিংগী পাংথোক্লগদি ব্রাখন্দা ব্রার্ন্ডলিগী ওইবা অব্রা অনা কয়া পোকহন্দে।

ধ্যান তৌবাঃ

মুনিশিংনা মশাগী সেল্ফতা ধ্যান তৌরগা (Meditation) হকচাং ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চল্লগা অচুম্বা লম্বীদা চত্তুনা নির্ভান মুক্তি ফংবা ঙম্মী। মুনি নত্তবা common ওইবা মীশিংদি সেল্ফতা মেডিটেট তৌবা ঙমদে। ইশাগী থব্রায় সেল্ফতা মেডিটেট তৌবা ঙমদবা মীওইশিংগীদি মপালদা লৈবা অচুম্বা আইডিয়েল ওইবা পোৎশক অমদা মেডিটেট তৌরগা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপা অমদি ব্রাখল হকচাংবু পোত্থাহনবা ঙমহল্লি। মপালদা লৈবা পোৎশক অদু অচুম্বা আইডিয়েল ওইবা মীশক অমদি ওইবা তাই নৎত্রগা আইডিয়েল ওইবা মুর্ত্তিগী পোৎশক অমা ওইগদবনি। হায়রিবা মপালগী পোৎশক অদুদা ঐখোয় মীওইবনা থাজবা থম্লগা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি অসি অশেংবদা অচুম্বদা চৎনবা হোৎনবনি। ঐখোয়না মপালদা থাজবা থম্লিবা অচুম্বা পোৎশক অদু ঈশ্বর অমনি হায়না কৌবসু য়াই। ঈশ্বর হায়বসি অচুম্বনি হায়না থাজবনি। মীওই কয়া অমনা অসুম্ন া অহানবদা প্রাক্টিস অসি তৌবদগী meditation তৌবগী হৈনবী লৈরকপদগী ইন্দ্রি হকচাংগী ঈহুন থিংবা ঙমদুনা মুনিগা চপ মান্নবা পুন্সি লেনখিবা মীওই কয়া হিংখি, লৈখি।

সুপর কন্সিয়স ওইবা মুনিদি মহাক্কী হকচাং ফোর্ম অমদি থব্রায় সেল্ফ হায়না অনি থোক্লা খাইদোক্তে। মসিগী অর্থদি থব্রায় সেল্ফকী অপাম্বা অদু

হকচাংনা তৌই। হকচাং ইন্দ্রিগী অপাম্বা তোঙান্না অমত্তা তৌদে। থরায়গা হকচাংগা থবক তৌবদা মান্নহনবনি। মুনিনা থবক য়াম্না তৌদে। থবক য়াম্না তৌরগদি অরানবা য়াওরকই। মসিগী অর্থদি থবক তৌবা খুদিংগী সেন্স ওর্গান্না সেন্স ওবজেক্টতা অপাম্বা পোক্লকই। হকচাং সেন্সকী অপাম্বালোমদা চৎলুরগদি অরানবা হেক্তা ওই। মদুদগী কোজ এন্দ ইফেক্ট cause and effect হেক্তা লৈগনি। হৌজিক্কী ওইবা খুদিংদা মুনিনা অচুম্বা তৌই। অফবা মরু হুল্লগদি অফবা চারা পুথোকই। অচুম্বা থবক কর্মা তৌরগদি অফবা অচুম্বা মহে ফংঙি। পুন্নমক অসি নেচর লোগী মখাদা লৈবা ঙাক্তনি।

**************

**"Man is man so long he is controlling the nature; Nature consist of internal and external"**
***- Swami Vivekananda-***

## Chapter -11

# স্পিরিচুয়েলগী ওইবা নীংতম্বা

মীওইপোক ওইনা পোক্লগদি মীওইবনা সংসার অসিদা মরুওইবা থবক খরদি তৌবা দরকার ওই। মসিনা ইশাবু হিংজবা ঙম্লবা অমদি ইশাবু মনীংতম্না লৈবা ঙম্লবনি। মসিদা হায়রিবা নীংতম্না হিংবা হায়বসি ইশাগী ওইবা স্পিরিচুয়েলগী নীংতম্বনি। লৈবাক্কী ওইবা নীংতম্বা নত্তে। ঐহাক্লা ঐহাক্কী পুন্সি অসে নীংতম্না হিংবা পাম্লগদি নীংতম্বা ফংবগী থবক তৌবা তাই। ঐহাক্লা স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইনা হিংগে হায়রগদি স্পিরিচুয়েল লাইফকী থবক তৌবা তাই। ঐহাক্লা ৱার্ল্ডলিনেস ওইদনা হিংগে হায়রগদি ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা থবক পুম্নমক থাদোকপা তাই, তৌদবা তাই।

কনাগুম্বা মী অমনা নীংতম্না অৱা অনা য়াওদনা নুংঙাইনা হিংবদি পাম্লগা মহাক্লা তৌরিবা থবক্লা মীখা পোনবা থবক অমদি অৱা অনা তারক্কদবা থবক ঙাক্তা তৌরগদি মহাক্লা পাম্লিবা নিংতম্বগী পুন্সি মহিং অদু করম্না ফংগদৌরিবনো ? মরম অসিননি ঐখোয়না তৌরিবা থবক্লা ঐখোয়বু নুংঙাইহনবা ঙমহল্লি। মসিগা চপ মান্ননা ঐখোয়না তৌরিবা থবক্লা ঐখোয়বু ৱাহনবসু ঙমহল্লি। ঐখোয়গী হকচাং ৱাখলদা অৱাবা ফাওহল্লিবসি ঐখোয় মীওইবনা ঙাইহাক্কী ওইবা অরানবা সেন্স প্লেজরদা নুংঙাইরুবদগীনি। অরানবা সেন্স প্লেজর পামগনু হায়বনি। তুংকোইনা নুংঙাইবা স্পিরিচুয়েল ফ্রিডম শোদনা ফংগনি। স্পিরিচুয়েলগী অশেংবা থবক তৌরগদি স্পিরিচুয়েলগী ওইবা অশেংবা পুন্সি অমা ফংগনি।

ইন্দ্রি সেন্সনা হকচাংদা অপাম নুংশি কল্লক মীহৌবা পোকহল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা মীওইবগী উবগী শক্তি পীরিবা সেন্স মিৎ অসিনা পোৎশক অমা নৎত্রগা নুপা/নুপী অমদা অপাম নুংশি কল্লক মীহৌবগী টেম্পটেসন অমা ব্রাখন্দা হকচাংদা ফাওহল্লি। কল্লক মীহৌবা পোকপা হায়বা অসি ফত্তবগী লম্বীদা চৎনবগী মরম অমনি। কল্লক মীহৌবগী টেম্পটেসন অসি মতাং চানা থিংবা ঙমহৌদ্রগদি ব্রাখলদা চঙখিদুনা হকচাংনা অপাম্বা অদু থবক ওইনা পাংথোকই। অরানবা ফত্তবা ব্রাখলগী টেম্পটেসন অদু হকচাংনা পাংথোক্লবনিনা হকচাং অদু ফত্তবা ওইরে, অৱা অনা মাইয়োক্লরে। মসিগী খুদম অমদি নহাক্কী নচিন নয়ানা ফত্তবা চিঞ্জাক তোয়না তোয়না চারগদি ফত্তবা চিঞ্জাক অদুনা হকচাং মনুংদা তুংশিল্লক্লুনা মমৈথংদা নহাক্কী হকচাং পুম্নমক ফত্তবা ওইরকই। মীওইবগী হকচাং ইন্দ্রি সেন্সশিং অসি নিয়ম নিতি চুম্না শীজিন্নরিবা মখেদি মীওইবগী হকচাং পুম্নমক অসে অফবা অচুম্বা ওই মাঙবা ঙমদে।

য়ুম পানবা, য়ুম পান্দবা নুপা নুপী অনিমক হোলি লাইফ ওইনা চৎপা য়াই। য়ুম পান্দবা নুপা নুপীদি হোলি ডিসিপ্লিনগী মখাদা চৎলগা লোইরে! য়ুম পানবা নুপা- নুপীগীদি নিয়ম খর লৈগনি। নুপা নপী অদু লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা অরেপ্পা ব্রাশক লৈবা তাই। নুপা নুপী অনি অদু কায়নবা য়াদে, পুন্সি লিপুন ওইগদবনি। নুপা নুপী অনি অদুগী অরেপ্পা পার্মেনেন্ট ওইবা নুংশিবগী পুন্সি লিপুন অমা শেম্বা ঙল্লোইদবা লৈরগদি লৌন- লৈনরোইদবনি। স্প্রিরিচুয়েলগী নিয়ম মতুংইন্না নুপা নুপীনা ময়ুম হন্না হন্না পানবা, ইচা হন্না হন্না পোকপা য়াদে। স্পিরিচুয়েলগী নুপা নুপী মতৈ মনাও coupon অমা হায়বা তারগদি নুপা নুপী অনি অদুনা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা কায়নবা খায়নবা য়াদবা নুংশিবগী অরেপ্পা পুন্সি লিপুন অমা শেম্বা ঙল্লবা মতুংদা লুহোংদুনা লৌন লৈনবদুনি। মদুগী মতুংদা অঙাং ১/২ লৈরবা মতুংদা হোলি কোপল অদুনা মচিন মনাও, মচে মচল অমগুম্না নুংশিননা লৈমিন্নবা অদুনি। অদুগা হোলি ডিসিপ্লিন নিয়মগী মখাদা চত্তুনা য়াম্না লাইনা হোলি কোপল অমদি হোলি ফেমিলি ওইবা ঙম্মী। মুনিগী ওইবা পুন্সি স্পিরিচুয়েল অসি ফেমিলি ওইনা লৈরবা মীওইশিংনা প্রাক্টিস তৌনৈ।

**************

**"I'm citizen in heaven, not on earth" - *Jesus Christ* -**

# Chapter -12

# মায়াগী গুণ অহুমগী ৱাংমদা

মীওইবগী ধর্ম্ম তোঙান তোঙান্না লৈরগসু মীওইবগী অচুম্বা লম্বী পম্বুংদি অমখক্তা ওইগনি। মান্নবা মীওইবগী কাংলুপ্তা তোঙান তোঙানবা পম্বুং লৈবা হৌনদে। মসি হায়বগী অর্থদি ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদি অমখক্তা ওইগনি। মীওইবগী ধর্ম্মদা য়াম্না খেৎনবা থল্লিবা মী অদু মশাগী স্পিরিচুয়েলগী জ্ঞ্যান ৱাংপননি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী অচুম্বা স্ক্রিপচরশিংদি মীওইবনা লৌসিনগদবনি। য়েৎনবগী মফম পীরোইদবনি। ধর্ম্ম চেনবা মীনা মীনুংশি লৈনা থবক তৌই, নাপল কাদে। মীওইববু সেবা তৌবা অসি ঈশ্বরদা সেবা তৌবা অমগুম্না লৌজে। ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক খাংবা কল্লি, মীনুংশি লৈ। ধর্ম্ম চেনবা মীওইশিংগী অরোনবা secret লৈজে মদুদি মখোয়না ঈশ্বরদা প্রেয়ার তৌবা মতমদা অচিকপা মফমদা মেডিটেসন তৌগনি অদুগা মীগী সেবা তৌবা অমদি ডিভোসন্নেল প্রাক্টিস খুদিংমক প্রাইবেট ওইনা তৌগনি। হায়রিবা থবকশিং অসি মীয়ামদা খঙহনবা পামদে। মথৌ পাঙথোকপা খক্তনি হায়না খল্লি। মীয়াম মমাংগী ওইবা থবক তৌবা পামদে। ধর্ম্ম চেনবা মী খুদিংমক নোল্লুকই। উহৈ পানবা উপানবী মরু লুকই হায়বদুনি।

লাইনিংবা ডিভোটি অমনা মহাক্কী ইমুং মনুং ফেমিলি পুংকাও কাউবা য়াদে। ডিভোটি অমনা তৌগদবা ময়াম অমা লৈ মদুদি মহাক্কী মমা মপা নুপী অঙাংশিংবু সেবা তৌবা তাই। মীয়াম্না হায়নবা অমা লৈ মদুদি মী অমনা ডিভোটি

Devotee অমা ওইরমদাইদা মহাক্কী মমা মপা নুপী অঙাং খুদিংমক মপুং ফানা সেবা তৌরম্মী। মী অমনা মপুং ফাবা ডিভোটি অমা ওইরবা মতমদদি মসিগী থবক অসি তৌগদবনি হায়বা ওব্লিগেসন লৈতে। মহাক্না নিংজবা ঈশ্বরগী স্পিরিচুয়েলগী লম্বী খক্তদা চৎচবনি।

মমাংগী পারাদা হায়খিবা অমদি মী অমনা মাগী পুন্সিগী অৱা অনা ফংলবা মতুংদা হায়বদি ৱার্ল্ডলিগী চৈথেং ৱার্ল্ডলি ল্লো ফংলবা মতুংদা ৱার্ল্ডলি লাইফ থাদোক্লুনা অশেংবা পুন্সি স্পিরিচুয়েল লাইফ লম্বীদা চংলকপনি। মসি মী অমগী পুন্সিগী ওইবা life purification অমনি। মী অমনা হেক্তা স্পিরিচুয়েল লাইফ হেক্তা চংলকপা নত্তে। অহানবদা ৱার্ল্ডলি লাইফ ওইবা ঙাক্তনি। স্পিরিচুয়েল লাইফ মুনিগী মপুন্সি হায়বসি অচুম্বা অশেংবা পুন্সি লম্বীনি। লম্বী অসিদগী হেন্না শেংবা পুন্সি লম্বী অমত্তা লৈতে।

ম্যায়া সংসারগী পুন্সি অসিদা গুণ অহুম লৈ। গুণ অহুম অসিনা মীওইবা খুদিংমকপু বাইন্দ পুন্দুনা থম্মী। গুণ অহুম অদুদি অহানবদা সাটভা গুণনি। গুণ অসি অফবা অৱাংবা থাক্কী মীগী গুণনি। অদুবু মসিগী গুণ অসিদা জ্ঞানগী ওইবা লৌশিং তৌবা অমদি নুংঙাইবা পাম্বা খর য়াওই। মথংদা ময়াই ওইবা রাজা গুণনি। গুণ অসিদা সেন্স প্লেজর পাম্মী,অচৌ অশাংবা, শক্তি পাইবা নিংথৌ ওইনিংবগী, ফুরা দলাল সনা লুপা মনি মুক্তা অকে অমৌ (Luxury) পাম্বনি। শম্মা হায়রবদা গুণ অসি চেনবা মী অদু কাহেন্না ৱার্ল্ডলিনেস ওই। অরোইবগী গুণদি টামাস গুণনি। গুণ অসিদদি মশাগী নোলেজ লৈতে, য়াম্না তনবা, য়াম্না চাগনবা, য়াম্না তুমগনবনি। হিংচা য়াইতম্বা মচিং মশোন লৈহনবগী গুণনি। শম্মা হায়রবদা শা ঙাগী গুণনি। মুনিগী পুন্সি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইগে হায়রবদি ম্যায়াগী গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপা তাই। অহানবদা টামাস গুণদগী অদুগা অনিশুবদনা রাজা গুণদগী নাম্থোকপা অদুগা অরোইবদনা সাটভা গুণদগী নাম্থোক্লগদি মীওইবনা ম্যায়া সংসার অসিদগী নীংতম্বা ফংলে। মসিবু ডিভাইন ফ্রিদম Divine Freedom হায়না কৌই। মীওইবনা হিংলিঙৈ মতমদা তানগদবা পান্দমদি ডিভাইন ফ্রিদমনি। মসি নত্তবা অতোপ্পা নিংতম্বা ফ্রিদম অমত্তা লৈতে। ম্যায়াগী গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোকপদি য়াম্না লুবা থবক

অমনি। মীওইবনা ম্যায়া সংসার অসিদা ফুনরিবা হাৎনরিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্লিবা অসি ম্যায়াগী গুণ অহুম অসিনা থোকহনবনি। গুণ অহুম অসিদগী নাম্থোক্লগদি শান্তি ফংলে, সেল্ফ ফংলে। মতাং অসিদা হায়নবা অমসু লৈ মদুদি নহাক্না মীওইবগী প্রোব্লেম সোল্‌ভ তৌবা ঙম্লোই। নহাক্তমক প্রোব্লেম অদুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনৌ হায়বদি গুণ অহুম অসিগী ৱাংমদা চৎনবা হোৎনৌ। মরুওইনা খঙজিনগদবা অমদি হকচাং বোডিগী অপাম্বদি ম্যায়াগী গুণ অহুম অসিদা লৈ। গুণ অহুম অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা ৱাহল্লি। অদুগা থৱায়গী সেল্ফকি অপাম্বদি ম্যায়াগী গুণ অহুম অসিগী ৱাংমদা লৈ। অৱাবা নুংঙাইবা লৈতে, সনা লুপা পামদে, ওইজবা থিদে, নুংশিবা নুংশিদবা লৈতে, ইকাই খুম্নবা খুম্নদবা লৈতে, মরুপ নুংশিবা য়েক্লবা লৈতে, শেন্দোং য়াম্না তানবা এন্টরপ্রাইজ অমত্তা পামদে, মীখা পোনবা লৈতে। হায়রিবশিং অসি হোলি লাইফ পাম্বা মীনা প্রাক্টিস তৌবগী মখা পোল্লি।

**************

**"Strengthen your thinking by reading and re-reading the scripture"**

***- Testament -***

# Chapter -13

## স্পিরিচুয়েল ওইবা মী

স্পিরিচুয়েল ওইবা মীনা অচুম্বা ৱাখল অচুম্বা ৱাঙাং অচুম্বা থবক তৌই। মসিগা লোয়ন লোয়ননা হোলি ওইবা মীওইশিংগা মরুপ মপাং ওইনৈ। হোলি ওইবা মীশিংগা মরুপ মপাং ওইনা তিন্নরগদি মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসি অচুম্বা চৎপা ঙম্মী। মীওইবনা হিংবদা দরকার ওইরিবসি অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপনি। অচুম্বা লমচৎ শাজৎপু চৎপা ঙম্লগদি চাবগী শেৎপগী ৱানিংঙাই করিসু লৈতে। মীওইবনা চাবা শেৎপা লাইনা হিংবা ঙমগনি অদুগা অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎপা ঙমদ্রগদি চাবা শেৎপগী হিংবগী অৱাৎপা অদুমক লৈগনি। অচুম্বা লমচৎ শাজৎ চৎকে হায়রগদি স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইবা তাই অদুগা হোলি কম্পেনিসু ওইবা তাই। স্পিরিচুয়েল লাইফখক্তনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ শেম্বা ঙম্মী। মসিদগী অতোপ্পা পাম্বৈ অমত্তা লৈতে। মী অমনা মহাক্কী হোলি ওইবা মরুপ মপাং অমত্তা তিন্নবা ফংদ্রগদি মী অদুনা মতোমতা লৈদুনা হিংবা ঙম্মবা হোৎনবা তাবনি। মসিগী অর্থদি ফত্তবা মীগা মরুপ শঙ্গ ওইদৌবগী শরুকপুদি মশা মতোমদা মথন্তা লৈবনা হেন্না ফৈ। ফত্তবা তিন্নরগদি ফত্তবা শোয়দনা তৌগনি। ইশাগী থাজবা ফেথ অমগা লোয়ননা স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইনবা হোৎনবনি। মসিনা হিংবগী মমল অর্থ লৈগনি।

সংসারসিদা মীওইবনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা থল্লম্বা ঙম্লোই অদুগা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তসু সংসারদগী পুদুনা চৎখিবসু ঙম্লোই। হোলি ইটর্নেল

লাইফ ওইবা মী অদুগী পুন্সি লম্বী অদুখক্তনি, সংসারগী তুংগী মীরোলশিংনা খঙহৌগদবা অসি। স্পিরিচুয়েল লাইফ ওইবা হায়বা অসে অচুম্বা চৎপা, নীংতম্বা ফংবা হায়বনি। নীংতম্বা ফংলগদি থবক অমা পাঙথোকপা মতমদা পুক্লিং চংবা ঙমগনি, মপুং ফাবা চাওখৎপা ঙমগনি হায়বসি মুনি ওইবা মীওইশিংগী থাজবনি। মী অমনা মশাগী নিংতম্বা ফংদবা মীনা কৈদৌঙৈদা থবক অমা তৌবদা মচু তানা মপুং ফানা তৌবা ঙম্লোই। Greater Individaul freedom দরকার ওই। ইনাকখুনবা থৌনা ফবা মী অমনা লায়রবা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবা সংসারগী ওইবা অৱা অনা অসি কোকহনবা ঙম্লোই। অৱা অনা তারিবা মীওইশিং অদুনা স্পিরিচুয়েলগী পুন্সি লম্বীদা চৎপা ঙম্লবা মতমদা লায়রবা চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবগী অৱাবা অদু কোকপা ঙমখিগনি। শম্মা হায়রবদা অচুম্বা পুন্সি লম্বী খঙবা হায়বনি। ঐগী অৱাবা মীনা কোকহনবা ঙম্লোই, ঐগী অৱাবদি ঐনা কোকহনবা তাই। মসিগা চপ মান্ননা মী খুদিংমক মশা মশাগী প্রোব্লেম মশা মশানা সোল্‌ভ তৌবা তাই। মী অমা ওইনা পোক্লগদি মী অমা ওইনা হিংবা ঙম্ন বা হোৎনবা তাই। মুনি ওইবা মীওইশিংগী ৱাখলদি মীয়াম পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। মখোয়গী ৱাখন্দা লায়রবা ইনাকখুনবা হায়বা লৈতে। চানিংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবগী অৱাবা লৈতে। মসিগী মরমদি মখোয়না অৱাংবা রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙম্মী, ট্যাগ তৌবা ঙম্মী, অৱাংবা থাককী রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙম্বা মী অদুবু মুনি হায়না কৌই। হায়রিবা থাক অসি ঈশ্বরগা চপ মান্নরে।

মীওইবগী ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা হায়বসি ঙাইহাক্কী ওইবা মতমগী নুংঙাইবনি। মসিনা লোইবা নাইদবা অৱাবা মায়য়োক্লবসু য়াই। ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা থাদোকপা হায়বসি অৱা অনা থেংনজরোই মায়োক্লজরোই হায়বগা চপ মান্নে। মতম পুম্নমক্তা ইন্দ্রিগী অপাম্বা খুদুম চন্নবা হোৎনবা তাই। ইন্দ্রি সেন্সকী নুংঙাইবা পাম্বগী, পৱার শক্তি ইনর্জি খুদিংমক স্পিরিচুয়েল ইনর্জিদা ওন্থোকপা ঙম্লগদি স্পিরিচুয়েল ইনর্জি হেনগৎলক্তুনা অচুম্বা অশেংবা থবক তৌবগী চাং হেনগৎলকই। মসিনা পুন্সিনা হিংবদা পাঙ্গল থৌনা লৈহল্লি।

মীওইবা খুদিংমক মনিংতম্মা হিংবা ঙম্বগী পাঙ্গল থৌনা লোয়না লৈ অদুবু মীওই খরদি মশাগী পাঙ্গল থৌনা, অচুম্বা জ্ঞান পুথোকপা ঙমদনা মীখা পোন্না

হিংঙি। মুনি ওইবা মীওইশিংগী ৱাখলদা পাঙ্গল কনবা, পাঙ্গল শোনবা, হকচাং ফবা ফত্তবা হায়বগী ৱাফম অমত্তা লৈতে, মখোয়গী ৱাখল অসি সুপরকন্সিয়স ওইবা মরম্না মনিংতম্না হিংবা ঙম্মী। স্পিরিচুয়েল লাইফ অমা ওইনা হিংবা ঙম্বা হায়বসি মুনিশিংগী কলচরেল লাইফ অমনি।

সংসারদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক মীৎকুপ খুদিংগী অহোংবা নাই, মপু পান্দে। মী অমদা লনথুম অমুক লাক্কনি অমুক চৎখিগনি। মসিদা কন্নাগুম্বা অমনা লনথুম ময়াম অদু মশাগী পুক্নিংগী ওইনবা কন্না হোৎনরগসু মশাগী ওইবা ঙম্লোই। মসিনা অৱা চৈথেং পীরক্কনি। পুম্নমক অসিগী অর্থদি মফম মতম লৈরিঙৈদা লনথুম অদু রিনাউন্স তৌবা ঙম্মু হায়বনি। মসিনা ইশাদা নুংঙাইবা মনিংতম্বা অমা শোয়দনা ফংগনি।

**************

**"The body without the spirit is dead;**
**so also faith without action is dead"**
***- Testament -***

# Chapter -14

## মোক্ষ, ব্রহ্মাচারি

মী অমনা মুক কলম ময়াম অমা শীজিন্নদুনা হোলিগী লাইরিক ময়াম অমা ইরবা অদুগা মহাক মশামক্তদি হোলিগী লমচৎ শাজৎ অমত্তা ফাওবা চৎপা ঙমদ্রবা ওইরগদি মহাক অদু মচিনদনা ফজবা ঙাংবা অদুগা থবক্কা চুমদনা অরানবা তৌবা মীনি। মসিনা তাকপদি পুম্নমক অসি অচুম্বা থবক তৌবগী মখা পোল্লি।

মীওইবনা হেক পোক্লকপা মতমদা অশেংবা অচুম্বা ব্রাহ্মচারি/মোক্ষ সিষ্টেমদা পোক্লকই। হায়রিবা অশেংবা অচুম্বা ফিভম অসি শুহোং হোংদনা পুন্সিগী অরোইবা ফাওবা থম্বা ঙম্লগদি সংসারগী পোকপা শিবা, সংসারগী অরা অনা অমত্তা লৈরোই। মসি ঈশ্বরগী ফিভমনি। হায়রিবা অচুম্বা অশেংবা মওং মতৌ ফিভম অসি ফংনবা মুনিশিংনা মখোয়গী পুন্সিদা প্রাকটিস তৌই।

মীওইবনা পোক্লবা মতুংদা নোংম লোংমগী ব্রার্ন্ডলিনেস ওইরকই। লনথুম হেন্না তানশিল্লকই, নুপী অঙাং লৈরকই। মসিদগী হেন্দোক্লনা নিংথৌ ওইবগী শক্তি, অহেনবা ইনাকখুনবা, পাঙ্গল কনবা, মিংচৎ থম্বা পাল্লকই। হায়রিবা পুম্নমক অসি মীওইবনা অরা অনাগী পোৎলুম পুবা ঙাক্তনি। সংসারগী পোৎলুমশিং অসি পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা হেক্তা থাদোকপা ঙম্লগদি শিধবু জয় তৌবা ঙম্মী। মীওইবনা মাগী ওইরিবা পোৎশক খুদিংমক মফম মতম চানা

হেক্তা থাদোকপা ঙমদে। রিনাউন্স তৌবা ঙমদবনিনা মীওইবনা শিরমদাইদা ব্রারিবসি। মীওইবনা তাইবঙপান থাদোক্লমদাইদা মীওইবনা পোক্লকপদা ওইরকপা অশেংবা অচুম্বা ফিভম অদুদা মোক্ষ/ব্রহ্মচারি সিষ্টেমদা অমুক হনখিবগী মওংনি। পোক্লকপদা ওইরকপা ফিভমগা শিরমদাইদা ওইবা ফিভমগা মান্নবা শিনবনি। মান্নবসু মান্নগনি। মীওইবনা মোক্ষ/ব্রহ্মচারি সিষ্টেমদা পুন্সি হিংনবা লেন্নবা হোৎনবা অসি মী অমা ওইনা পোকপগী অরোনবা মায় পাকপা অমনি। মসি নত্তবা অশেংবা পুন্সি লম্বী অমত্তা লৈতে। ফত্তবা লমচৎ চৎপা, পাপ্ লংজবা হায়বসি ব্রহ্মচারি ঙাক্লা চৎপা ঙমদবনি।

ব্রাখল মনিংতম্বা, ব্রাখল মীখা পোনবা হায়বসি মী অমনা তৌরিবা থবক অমদি মাগী মপুন্সি মহিং লাইফ ষ্টাইলগা য়াম্না মরি লৈনৈ। মনিংতম্বা থবক তৌবা, হোলি লাইফ ওইবা মীখক্তনা ব্রাখল মনিংতম্বা ফংগনি। মীখা পোনবা থবক তৌবা, ব্রার্ল্ডলি লাইফ ওইবা মী খক্তনা ব্রাখল মীখা পোনগনি। অফবা ব্রাখল, অফবা হকচাং অনি অসিনা মপুং ফাবা অফবা মী অমা শেম্বা ঙম্মী। মী অমনা কয়াম য়াম্না ব্রাখল শান্তি থম্বা ঙম্বগে হায়বদু মহাক্না কয়াম য়াম্না ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদবা চাং ডিগ্রি অমদি কয়াম য়াম্না সেন্স প্লেজর থাদোকপা ঙম্বা চাং ডিগ্রি অদুনা লেপকনি।

মীওইবনা পাঙ্গল কন্না থৌনা লৈনা লৈরগদি পুন্সি হিংবা ঙম্মী। পাঙ্গল থৌনা লৈত্রবা হকচাং শোল্লগদি শি। পাঙ্গল থৌনা মীগা খৎনবা ঙম্বা অদু নত্তে। ফত্তবা টেম্পটেসন ঙাকথোকপা, হোলি লাইফ ওইনা হিংবা ঙম্বা অদুনি। ফত্তবা টেম্পটেসনগী ব্রাখল ঙাকথোকপা ঙমদদুনা ফত্তবা থবক তৌবা অদুবু অশোনবা পাঙ্গল থৌনা লৈতবা মী কৌই। হোলি লাইফকী লম্বীদদি হকচাংগী পাঙ্গল কনবনা মীওইবগী অকনবা শক্তে। অচুম্বা তৌবা ফত্তবা টেম্পটেসনবু ঙাকথোকপা ঙম্ব মী অদুবু অকনবা শক্তি লৈবা কৌই। মুনি ওইবা মী খুদিংমক মশাগী ইন্দ্রিয়গী ঈশ্বর টেম্পটেসন মতম চুপ্পদা ঙাথোক্লবা হোৎনজে।

মীওইবা হায়বা অসি লমচৎ শাজৎকী মতুংইন্না অফবা অমসুং ফত্তবা মখল অনি থোক্লা খায়দোকই। অফবা মীওইদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওইদে, কল্লক মীহৌবগী অপাম্বা লৈতে, থৱায়গী ওইবা চিঞ্জাক চায়। হকচাংগী অপাম্বা

থাদোক্লুনা মতম চুপ্পদা রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙম্মী। হকচাংগী সেন্স প্লেজর অমত্তা পামদে।

অনিশুবগী ফত্তবা মীওইশিংদি ব্রার্ল্ডলিনেস ওই কল্লক মীহৌবা অপাম্বা লৈ, হকচাংগী অপাম্বা চংথৈ। মতম চুপ্পদা রিনুন্সিয়েসন তৌবা ঙমদে। মতম চুপ্পদা সেন্স এঞ্জোয়মেন্ট পাম্মী।

অফবা অমসুং ফত্তবা মীওইবগী লীচৎ শাজৎ অনি অসি মতম চুপ্পদা খৎনদুনতা য়েৎনদুনতা লৈ। ফত্তবনা ঙল্লগদি ফত্তবা ওইরে অদুগা অফবনা ঙল্লগনা অফবা মী ওইরে। মীওইবা ওইনা পোক্লকপা মতমদা অফবা অমসুং ফত্তবা অনি থোক্লা খায়দোক্লুনা পোক্লকপদি নত্তে। ফত্তবা মী অদুদি অচুম্বা জ্ঞ্যান য়াওদবনি, রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙমদবনি।মমা মপানা তাকপি তম্বীদবা অমদি ওঝা গুরু নাইদবনা মরম ওইদুনা মীওইবা খরদি ফত্তবা ওইরকই।

কাহেনবা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা মীনা সনা লুপা লনথুম কাহেন্না তানশিল্লি, য়াম্না ইনাকখুনবা নিংথৌ ওইবগী শক্তি শীজিন্নবা পাম্মী। মখোয়না মখোয়গী পুক্সি লোইবা ফাওবা হকচাং ইন্দ্রিগী সেন্স এঞ্জোয়মেন্ট য়াম্না পাম্মী। হায়রিবা মগুণশিং অসি চেনবা মীওইশিং অসি ডিমোনিক নেচর Demoniac nature কৌই হায়বদি হিংচাবা হিংচাবীগী নেচরনি।

মুনিশিংনা মশাগী থাজবা অমা লৈ মদুদি থব্রায় পানবা জীবনা মীওইবগী মপোক ফংবা ঙম্বসি লাইবক ফবা ওপোর্চুনিটি অমনি। মীওইবগী মপোকখক্তদা রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্মী। রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙল্লগদি মীওইবগী মপোক্ল া ঈশ্বরগী অশেংবা মপোক য়ৌবা ঙম্মী হায়বদি ডিভাইন লাইফ ওইবা ঙম্মী। মী ওইনা পোকপগী মহৈ য়াল্লি।

**************

**"To be the world's friend means to be God's enemy"**

***- Testament -***

# Chapter -15

## অচুম্বা চিঞ্জাক চাবা

মীওইবনা চারিবা চিঞ্জাক অসি মাগী মওং মতৌ অমদি মসিনা হকচাংদা ব্রাখন্দা, সেন্সদা পীরকপা ঈহুনগী মতুংইন্না মখল অহুম থোক্লা খাইদোকই। মদুদি -

অহানবগী - চিঞ্জাক অসি চাবদা soft ওইবা, pliable ওইবা, অকনবা অয়াকপা ওইদবা, ময়াই কাদবা, চাবদা অহাওবা পোকপা চিঞ্জাক মখল অদুনি। মসিগী মখলগী চিঞ্জাক অসি চাবদা হকচাংদা পাঙ্গল, থৌনা শক্তি পীবা ঙম্মী, অচুম্বা ব্রাখল খনবা ঙমহল্লি, ব্রাখল শান্তি থম্বা ঙমহল্লি, হকচাং ফহনবা নুংঙাইহনবা ঙমহল্লি, চিঞ্জাক অসি চাবদা চানিং থক্লিংবা ফাওহল্লি। চিঞ্জাক অসি চাবদা মহাও লৈ। অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসিবু অচুম্বা অফবা চিঞ্জাক কৌই। হায়রিবা চিঞ্জাক অসি মুনি ঋষিশিংনা চায়।

অনিশুবগী- চিঞ্জাক অসি চাবদা য়াম্না খাই, শাই, য়াম্না শিনবসু ওইবা য়াই। থুমগী মহাওগুম্না অয়াকপসু ওই। চিঞ্জাক অসি চাবদা য়াম্না শাবা হোট ওইবসু য়াই, অকংবা অকনবা ওইবসু য়াই। চিঞ্জাক অসিগী মনম মহা চেলবসু য়াই। চিঞ্জাক অসি চাবা থকপা মতমদা চিন লৈদা য়াম্না শাবা, য়াকপা, খাবা ফাওই। অসিগুম্বা চিঞ্জাক অসিবু অপাম্বা পোকপা চিঞ্জাক হায়নসু কৌই। শম্না হায়রবদা মসি ময়াই কাবা চিঞ্জাক অমনি। ওইজবা থীবা ময়াই কাবা মীওইনা অসিগুম্বা

চিঞ্জাকশিং অসি চাই। অসিগুম্বা চিঞ্জাক চাবনা মীওইবগী হকচাংদা অহানবদা য়াম্না নুংঙাইবা পোক্লুরগসু ফংলুরগসু অকোনবদা অরোইবদা অনাবা নুংঙাইতবা ৱাখল লাকই। করিগুম্বদা লায়না তিন্না পোকহল্লি।

অহুমশুবগী - চিঞ্জাক মখল অসি চাবদা মহাও লৈতে, ঈংঙি, চম্মী মনম চেল্লি। চিঞ্জাক অসি চাবদা হকচাংদা মচি ওইদে, কান্নবা করিমত্তা ফংদে, লায়না তিন্না পোকহল্লি। শম্না হায়রবদা অহিং লেল্লবা চাক চজিক্লম্বনি, ফত্তবা শেংদবা চিঞ্জাক্নি। শম্না হায়রবদা শা ঙাগী শাজ্বৎ চৎপা মীনা অসিগুম্বা চিঞ্জাকশিং অসি চাই। অসিগুম্বা চিঞ্জাক চাবা মীশিং অসি মশাগী অচুম অরান খঙদে, চাবা থকপা তুম্বা শা ঙাগুম্না লৈবগুম্না লৈ।

চিঞ্জাক অফবা অচুম্বা চাবনা মীওইবগী শেংদবা ফত্তবা ৱাখল অসি চুমথোকপা ঙমহল্লি। মুনিশিংনা চারিবা চিঞ্জাক খুদিংমক অফবা অচুম্বা ঙাক্তনি। অচুম্বা চিঞ্জাক চাবনা মুনিগী ৱাখল অসি ঈংনা শান্তি থম্বা ঙমহল্লি। মুনিশিংনা হায়রম্বা অমা লৈ - "নহাক্না থৱায় সোল মশক খঙগে হায়রগদি নহাক্না চারি থক্লিবা অচুম্বা অশেংবা চিঞ্জাক্কী মখা য়াম্না পোল্লি"।

ৱাখল শান্তি থম্বা ঙম্বা হায়বসি ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক্কী মখা পোল্লি হায়বগী মরমদি অসিনি। মীওইবগী ৱাখল মাইন্দ অসি চিঞ্জাক্না শাবনি। মীওইবনা চারিবা চিঞ্জাক অসি চারবা মতুংদা মীওইবগী হকচাংদা মখল মওং অহুম থোক্না ওন্থোকখি ট্রান্সফোর্ম তৌখি। মদুদি (১) চিঞ্জাক্কী অয়াম্বা শরুক্না অমাংবা এক্সক্রিটা (অমাংবা থি) ওইনা চৎখি।(২) ময়াই ওইবা শরুক খরনা ঈ উতোং তোংশা ফ্লেস ওইনা শেমখি। (৩) য়াম্না পিকপা পায়বা উবা ঙমদবা (Subtlest part) শরুক খরনা মীওইবগী ৱাখল মাইন্দ অসি শেম্মী। চারিবা চিঞ্জাক খুদিংমক লেম্না অমত্তা মাংদে। মরম অসিননি মীওইবগী ৱাখল অসি চিঞ্জাক্না শেম্বনি হায়রিবসি। অফবা অশেংবা চিঞ্জাক চারগদি অশেংবা অচুম্বা ৱাখল খনবা ঙম্মী। অশেংবা অচুম্বা ৱাখল খনবা ঙম্লগদি নীংশিংনবগী পাঙ্গল শক্তি মেমোরি হেনগৎলকই। নিংশিংনবগী পাঙ্গল শক্তি মেমোরি মতম চুপ্পদা লৈবা ঙম্লগদি অরানবগী ম্যায়াগী ৱার্ল্ডলিনেস ওইবগী, হকচাংগী অপাম্বা অফ-অপুন বোন্দেজ অদু লৌথোকপা ঙম্মী। মীওইবনা ময়াই কাবা চিঞ্জাক চারগদি অপাম্বা

অশাওবা অমদি লান্না থাজবা হকচাংদা পোকহল্লি। মীওইবগী হকচাংদা চিঙ্গাকখক্লা অপাম্বা অশাওবা পোকহল্লি, ময়াই কাবা ওইহল্লি।

মুনিশিংনা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি মীওইবগী ইন্দ্রি সেন্স মঙা অসি নিতি নিয়ম চুম্না শিজিন্নরিবা মখৈদি অশেংবা ৱাখল শান্তি থম্বা ঙম্মী। কাহেনবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্লগদি ৱাখল শেংনা থম্বা ঙমদে। ইন্দ্রি সেন্সনা পাল্লিবা সেন্স ওবজেক্টশিং অদু অচুম্বা অশেংবা পোৎশক ওইবা তাই। অপাম্বা থাদোকপা, অশাওবা লৈতবা, অরানবা থাজদবা ঙল্লগদি ৱাখল শেংনা শান্তি লৈনা থম্বা ঙম্মী। মিৎনা ফজবা উরগা ৱাখলদা নুংঙাই অদুগা অকিবা উরগা ৱাখলদা নুংঙাইতে। নাকোংনা নুংশিবা ৱারি তারগা নুংঙাই অদুগা অৱাবা তারগা ৱাই। হায়রিবশিং অসিনা ৱাখলদা ইফেক্ট তৌই, অহোংবা লৈহল্লি। ৱাখল শেংনা থম্বা হায়বসি নিয়ম নিতি চুম্না চাবা থকপা অমদি ইন্দ্রি সেন্স খুদিংমক নিয়ম নিতি চুম্না মথৌ তৌবগী মখা য়াম্না পোল্লি।

অচুম্বা অশেংবা চিঙ্গাক চাবা ঙল্লগদি ঈশ্বরনা চাবা চিঙ্গাক্কা চপ মান্নরে। ঈশ্বরগা চাবা থকপা চিঙ্গাক্কা মান্নরবনিনা ঈশ্বরগী গুণ অদুসু ফংলে। ঈশ্বরগী থাক য়ৌরবনিনা সংসারগী ওইবা পোকপা শিবা লৈতরে, ঙমখৈ নাইদবা, অহৌবা, অরোইবা লৈতবা ইনফাইনাইট infinite হায়বদু য়ৌরে। ঈশ্বরগী থাক য়ৌরগদি মী অমনা মহাক্কী মতু মচা, লনথুম মহাক্কী ওইবা পুম্নমক থাদোকপা ঙম্লে, ইটরনেল লাইফ Eternal life ওইরে।

**************

**"A dog goes back to what it has vomitted"**
***- Proverb -***

## Chapter -16

# মায়া সংসারগী ওইবা শক্তম

মায়া মালেম সংসার অসিনা অঙক অঙকপা থৌদোক ৱাথোক কয়ামরুম থোকহল্লি। মীওইবগী অৱাবা নুংঙাইবা, নোকপা কপ্পা, মায়থিবা, মায় পাকপা, মাংবা তোংবা অকিবা থৌদোক ৱাথোক কয়ামরুম অসি মীওইবনা থোকহনবনি। মসি ঈশ্বরনা থোকহনবা নত্তে হায়না মুনিশিংনা মশাদা থাজবা লৈ। নেচর লোবু মুন্না খঙবা মুনিশিংনা হায়রম্বগী মতুংইন্নদি ঐখোয় মীওইবনা থবক অমা তৌরগদি মদুগী মহৈ অমা শোয়দনা ফংগনি। থবক অদুগী মতুংইন্না মহৈ অদুদি অফবা নত্ত্রগা ফত্তবা মহৈ ওইবা য়াই। থবক অদুগী মহৈ ফল ফংদনা থবক অদু লোয়শিনবা য়ারোই। খুদম অমা, ঐখোয়না লল্লোল ইতিক করবার তৌরগদি মদুগী ফল অদু মাংবা তোংবা অমা ওইগনি। থবক অমা তৌবগী ফল খুদিংমক চেকশিন্না তৌবা, চেকশিন্দনা তৌবা মওং মতৌগী মখা পোলগনি। মুনিশিংনা হায়রম্বগী মতুংইন্নদি থবক অমা তৌবদা অহানবদা নুংঙাইবা ফল ফংবা অদুগা অরোইবদা নুংঙাইতবা, অৱাবা ফল ফংবা থবকশিং তৌবা পামগনু।

সংসার অসি কল্লকপা মীহৌবা, অফবা ফত্তবনা থল্লবা মফম অমনি। সংসার অসিদগী ফত্তবা হায়বা পোৎশক অদু লৌথোকপা ঙম্লোই। ফত্তবা পোৎশক অদু মীওইবা খরনা পুশিল্লকপনি অদুগা মখোয়না শিরবা মতমদা ফত্তবা

পোৎশক অদু পুম্বিগনি হায়বসি রিসাইকলগী পোৎশক অমনি। মসিনা তাকপদি সংসার অসি অৱাব- নুংঙাবা অনিনা শেম্বনি। সংসারনা ঐখোয়বু ৱাহল্লি নুংঙাইহল্লি। ম্যায়া সংসারদা ঙাওরগদি ম্যায়া সংসারনা মীওইববু ৱাহল্লি। ম্যায়াগী ওইবা ঙাইহাক্কী ওইবা নুংঙাইবা অদুনা ঐখোয়না পুন্সি চুপ্পগী ওইনা নুংঙাইগনি খল্লুবদগী অরোইবদা অৱাবা তাহল্লি। মীওই খুদিংমক ম্যায়াদা হিংলিবনি। ম্যায়াগী অরানবনা ঐখোয় মীওইববু লাকশিন্নবা মতম চুপ্পদা হোৎনরি। সংসার ম্যায়াগী লম্বীদা চৎলগদি অৱাবা খুদোংথিবা মাইয়োক্কে। ঙসিগী থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়ামরুম অসি সংসারগী ম্যায়াগী ওইবা লম্বীদা থোকপা খুদম ঙাক্তনি। মসি কনানসু থিংবা ঙম্লোই। মসিনা তাকপদি সংসার অসিদা ম্যায়াগী থবক, পোৎশক অমত্তা পামগ... হায়বনি। সংসার অসিদা ঐগীনি হায়বা পোৎশক অমত্তা তুংকোইনা লৈবা য়ারোই।

তাইবঙ শেম্বা মপুনা ঐখোয় মীওইবদা চান্নবা শেৎনবা লোয়না পীরবনি। অদুবু মীওইবনা হেন্না চাননবা শেৎননবা, সংসারগী ওইবা মীংচৎ, মীচং শঙ্গ হেন্না পাঙ্গল কনবা থৌনা লৈবা শক্তি পাম্লুবদগী ম্যায়ানা মীওইববু লাকশিল্লি। মুনিশিংনা সংসার অসিদা ধর্ম্ম লৈনা চৎলি অদুগা ধর্ম্ম চেন্না ম্যায়া সংসার অসি থাদোকখি। সংসার অসিদা করিমত্তা তৌনিংঙাই লৈতে, মীওইবগী সেবা নত্তনা। মুনি ঋষিশক্তনি ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙম্লিবসি।

য়ুথ প্রোব্লেম ঃ

ঐখোয়গী মালেম সংসার অসিদা অঙক অঙকপা থৌদোক ৱাথোক কয়ামরুম তাবা উবা ফংঙি। ঈশ্বর ওইখ্রবা মুনি ঋষি কয়ানা হায়বিরম্বগী মতুংইন্নদি সমাজগী থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়ামরুমশিং অসি মীওইবগী চহি মতাং মতাংগী মতুংইন্না থোকহনবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মীওইবগী চহি চাওরাক্লা ২০ দগী হৌরগা চহি ৩৫ ফাওবা, খর শাংথরগা চহি ৪০ য়ৌবা ফাওবগী চহি মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা মীওইবগী প্রোপ্লেম কয়ামরুম পুথোকই। চহিশিং অসিগী মনুংদা লৈবা মীওইশিং অসিগী মখোয়গী অপাম্বা অসি য়াম্না ৱাংনা লৈ। মখোয়না কাহেন্না ম্যায়াগী ওইবা, কাহেন্না মেটররিয়েললিজমগী পুন্সি মরেন্দা চংশিল্লকই। মীওই খর অমদি মখোয়গী কাংলুপ শোখে, ৱাৎলি হায়বনচিংবা

দিমান্দ ময়াম অমা মখোয়গী ৱাখলদা শাগৎলকই। অসিগুম্বা দিমান্দ ময়াম অমা মীওই কাংলুপ কাংলুপ খুদিংগী ৱাখন্দা পোক্লকই। মরম অসিননি প্রোব্লেম কয়ামরুম সমাজ অসিদা থোক্লক্লিবা অসি। হায়রিবা মীওইবগী চহি ২০দগী ৩৫ ফাওবা অদুদগী লাম্থোকপ্রবা মীওইশিংদি মখোয়গী কাহেনবা অপাম্বা অসি হস্থরকই অমসুং মখোয়না প্রোব্লেম কয়ামরুম থোকহনবগী চাংসু হস্থরকই। প্রোব্লেম কয়ামরুম থোকহল্লিবা মতম মীওইবগী চহি ২০ দগী ৩৫ ফাওবগী মতম অসিবু মুনি ঋষিশিংনা মীওইবগী থৌদোক ৱাথোক থোকপা "যুট প্রোব্লেম" Youth Problem লৈবা চহি মনুংনি হায়না মমিং থোল্লি। চহি অসিগী মনুংদা লৈবা মীওইশিংনা থোকহল্লিবা প্রোব্লেমশিংদি খুদম ওইনা পল্লবদা ফেমিলি প্রোব্লেম, নেসন্নেল প্রোব্লেম, টেরিটোরিয়েল ইসু ফাওবা ওইরকই। মীওই খরনা অচৌবা যুথ প্রোব্লেম কয়া কয়া শাগৎলম্বদগী মখোয়না শিশ্রবা মতুং ফাওবদা প্রোব্লেমশিং অদু কোকহনবা লোইশিনবা ঙমদনা হৌজিকসু মাংদা তাদুনা লৈরি। মতাং অসিদা মুনি ঋষিশিংনা অসুম্না হায়রম্মী - যুথ প্রোব্লেম অসি সোসাইটিগী প্রোব্লেমনি। কনামক্তনা লোইশিনবা কোকহনবা ঙম্লোই। প্রোব্লেম অসি অমুক লাক্কনি, অমুক চৎখিগনি। মীওইবগী চহি মতাংনা থোকহনবনি। মসি মতমখক্তনা কোকহনবা ঙমগনি। প্রোব্লেমশিং অসি কোকহনবগীদমক থবক থৌরাং অমত্তা লৈতে। প্রোব্লেমশিং অসিদগী নাম্থোক্কে হায়রগদি হায়রিবা প্রোব্লেম লৈতবা মীওইশিংগা তিন্নৈ লোয়নবা তাই। সংসার অসিগী অশোয়বশিং অসি কনামক্তনা চুমথোকপা ঙম্লোই। ইশাখক্তনি চুমথোক্লবা হোৎনগদবা অসে।

**************

**"Each man must work out his own salvation"**

***- Prophet Muhammad -***

## Chapter -17

# পুন্সিগী অশেংবা পান্দম

মীওইবগী পুন্সি অসিদা মীওইবনা মানা মানা পামজবা থবক কয়ামরুম পাংথোক্নে। মীওইবগী পুন্সিদা অফবা তৌরগা অফবা ফল ফঙই অদুগা ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফল ফংঙি। পুন্সিদা মায় পাকপা অফবা ফল ফংবা ঙম্বসি মী খর খক্তনি। মীওইবা অয়াম্বনা পুন্সিগী অশেংবা পান্দম খঙদবদগী কান্নদবা, অফবা ফল ফংলোইদবা, থবক ময়াম অমা তৌদুনা হকচাংবু য়াম্না ৱাহন্দুনা পুন্সি অসি অরেম্বদা লোইশিনখি। মীওইবগী পুন্সি লম্বীগী মরমদা মুনি ঋষিশিংনা অসুম্না হায় - মীওইবগী পুন্সিদা মী অমনা তৌগদবা থবক অসি খর খক্তনি। ঐখোয় মীওইবনা ইশাদা য়াওজরিবা জ্ঞান অদু পুথোক্লবা হোৎনবনি। অশেংবা জ্ঞান অদু ইশাদগী পুথোকপা ঙম্নগদি ইশাদা য়াওরিবা ইন্দ্রি সেন্স অসি কন্ট্রোল তৌবা ঙম্নে। হকচাংদা য়াওরিবা ইন্দ্রি সেনন্স মঙা - উবগী সেন্স, তাবগী সেন্স, মনমগী সেন্স, মহাওগী সেন্স অমসুং ওর্গান ওফ টস হায়বশিংসে খুদুম চনবা কন্ট্রোল তৌবা ঙম্নবা মী অদুদি লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা মী অমনি হায়না কৌবা য়ারে। হায়রিবা মীশক অসিনা মাগী পুন্সি অদু শান্তি ওইনা হিংবা ঙম্মী। মহাক্না মশাদা য়াওরিবা সেন্স ওর্গানশিং অদুনা মপালগী ওইবা সেন্স ওবজেক্টতগী লাপথোক্লা থম্বা ঙম্মী। মপুং ফাবা মী অমা হায়বসি করিসু নত্তে, মহাক্না মশাদা থাজবা ফেথ থম্বগা লোয়ননা মহাক্কী হকচাং বোডি অমসুং প্রকৃতি নেচরবু খুদুম চনবা কন্ট্রোল তৌবা ঙম্বা অদুখক্তনি।

মুনি ঋষিশিংনা হায় - জ্ঞ্যান য়াওদবা মী অসি অয়াম্বনা হকচাংনা, প্রকৃতি নেচরনা মশাগী জ্ঞ্যান অদু লাকশিনখ্রবা, ঈশ্বরগী অচুম্বা লম্বীবু থাজদবা, স্পিরিচুয়েল ওইদবা, ইন্দ্রি সেন্স মঙা অদু কন্ট্রোল তৌবা ঙমদবা, মশাগী হকচাংগী অপাম্বনা হেনবা, অরানবা থবক, ফত্তবা হৈনবীনা মপুং ওইনা তৌরকপা মীওই অদুবু জ্ঞ্যান তাদবা, জ্ঞ্যান য়াওদবা হায়না কৌবা য়াই।

মীওইবগী পুন্সিদা তৌগদবা খর মুনি ঋষি, স্বামিশিংনা অসুম্না হায় মদুদি - মীওইবগী ইশা ইশাদা য়াওরিবা থব্রায় অসি য়াম্না নুংশিবীগদবনি। মসি অশেংবা ঈশ্বরনি অমসুং অশেংবা লাইশং অমগুম্বনি। ঐখোয় মীওইবগী থব্রায় জ্ঞ্যান অসিনা প্রকৃতি, নেচর, হকচাংগী সেন্সশিং অসি লাকশিনবা ঙমগদবনি। পুন্সি হায়বসি করিসু নত্তে থবক শুগদবনি। অতোপ্পদা অরানবদসু অচুম্বদসু অচুম্বগী ওইবা মতেং পাংবা ঙম্বা ওইগদবনি। মপালগী ওইবা লাইশংদা লাই খুরুম্বা চৎপা হায়বশিং অসিদি সেকেন্দরি secondary ওইনা থমগদবনি।

ঈশ্বরগী খুভম ফংনবা লম্বী ঃ

মীওইবগী মপোক অসি ঈশ্বরনা শেম্বী শাবিবনি হায়বসি মীয়াম পুম্নমক্না য়ানবা থাজবা ব্রাফম অমনি। ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইবগী মপোক অসি শেম্বীরিবনিনা ঐখোয় মীওইবনা করম্বা পুন্সি লম্বীদা চৎকদগে হায়বদু ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইবদা খরদি তাক্লমগনি। ঈশ্বরনা তাকপিরম্বা লম্বী অদু ঐখোয়না খঙবা ব্রাৎপদগী মানা মানা পামজবা থবক কয়ামরুম পাংথোক্লে। মরম অসিননি পুন্সিদা অফবা তৌরগা অফবা ফল ফংঙি অদুগা ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফল ফংলিবসি। পুন্সিদা মায় পাকপা অফবা ফল ফংবা ঙম্বসি মীওই খর খক্তনি। মীওই অয়াম্বনা পুন্সিগী অশেংবা পান্দম খঙদবদগী পুন্সি অসি অরেম্বদা লোইশিনখি। অশেংবা পুন্সি লম্বীগী মরমদা খঙ হৈরবা মুনি ঋষিশিংনা হায়রম্বগী মতুং ইন্নদি- মীওইবনা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বী চৎকে হায়রগদি ঈশ্বরগী লাইরিক স্ক্রিপচর পাবা নৈনবা তাই। স্ক্রিপচরগী মতুং ইন্নদি মীওইবনা অচুম্বা ঈশ্বরগী লম্বী অরাম খুভম ফংনবা হোৎনবদা অহানবদা তৌগদবদি থবক্কী প্রাক্টিস তৌবা তাই। জোব সেটিসফেক্সন Job Satisfaction ওইবা তাই। শম্না হায়রবদা কর্মা যোগনি। মসিদা ঐখোয়না তৌরিবা থবক খুদিংমক্কী মহৈ অদু

ঈশ্বরদা/মীওইবদা কখোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈবনি। অনিশুবদা তৌগদবা প্রাক্টিস্না ঈশ্বরতবু নীংজবা খুরুমজবা অচুম্বা আইডিয়েলবু নুংশিজবনি। শম্না হায়রগদি প্রেয়ার প্রাক্টিস/ভক্তা যোগনি। অহুমশুবদা মীওইবগী পুক্লিং জ্ঞ্যান তাবা ঙম্বনি। Philosophy ইশাগী ৱাখল অসি ফিলোজোফি ৱিজডম wisdom ওইবা হোৎনবনি। মসি জ্ঞ্যান তান্নবা হোৎনবা যোগ প্রাক্টিসনি। মরিশুবদনা ৱাখল হকচাং ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বা অদু কন্ট্রোল তৌবা ঙম্নবা প্রাক্টিস তৌবনি। হকচাং মনুংগী ইন্দ্রিগী অরানবা অপাম্বশিং অদু থিংবনি। মসিবু রাজা যোগ তৌবা নত্ত্রগা সাইকিক কন্ট্রোল তৌবা যোগা হায়না কৌই। প্রাক্টিস মরি অসি মীওইবগী পুন্সিদা দরকার ওই।

**************

**"The most excellent Jihad (Holy War)**
**is that for the conquest of self"**
***- Prophet Muhammad -***

# Chapter -18

## স্পিরিচুয়েল এডুকেসন

ঐখোয় মীওইবনা পুন্সি হিংনবা হোৎনবা, পুক্নিং জ্ঞান তানা, শান্তি ওইনা লৈনবগীদমক্তা মীওইবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক লাইশু নিংথিনা তম্বা হৌই। হৌজিক মতমগী মীওইবনা লাইরিক তম্বগী মওং অসি সংসার অসিদা অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবদা - মেটরিয়েল এডুকেসন্নি। মসিগী এডুকেসন সিস্টেম অসি ৱেষ্টর্ন অমদি ইউরোপ লৈবাকশিংদগী শন্দোরকপনি হায়বা য়াই। মেটরিয়েল এডুকেসন শম্না হায়রগদি পৈশা লুপা তানবা এডুকেসন সিসটেম্নী, ইংলিস্তা হায়রগদি Money making education system নি। মসিগী এডুকেসন সিস্টেমদা পোলিটিক্সকী শরুক য়াওই। মসিগী এডুকেসন সিস্টেম অসিনা মীওইববু পুরা শান্তি থমহনবা ঙমদে। মীওইবনা শান্তি ফংবা হায়রগদি হকচাং ৱাখল থৱায় অহুম অসি শান্তি ফংহনবা হায়বনি। হৌজিক হৌজিক নহা ওইবা ছাত্র ছাত্রিশিংনা স্কুল কলেজ য়ুনিভর্সিটিদা তম্লীবা মওংশিং অসি মেটরিয়েল এডুকেসন অয়াম্বা ওই মরমদি মসিদা মনি মেকিং এন্দ পোলিটিক্স Money making and politics পুরা য়াওই। লাইরিক তম্লিবা খুদিংমক্কী সার্টিফিকেট তানবগী মওং লৈ। মেটরিয়েল এডুকেসন খুদিংমক গভর্নমেন্টকী থবক ফংনবা হোৎনবা হায়বদি জোব সিক্কর ওই। অৱাংবা থাক্কী মেটরিয়েল ফেমিলি ওইবা পাম্মী। মেটরিয়েল লাইফ এনজোয় তৌরিবা মীওইবা খুদিংমক মাগী মাগী পুন্সিদা মেটরিয়েলগী ওইবা অপস এন্দ ডাউনস ups &

downs মাইয়োক্লে। মসিগী পুন্সিদা মেটরিয়েলগী ওইবা অৱা অনা মাইয়োক্লে।

মেটরিয়েল এডুকেসন ফংলবা মীওই খুদিংমক্তা সাসন পায়বা হায়বদি মীওইবগী পবার শক্তি শিজিন্নবা, অৱাংবা থাক্কী কম পায়বা শাসন তৌবা ইনাকখুনবা পান্নকই। মীওইশিং অসিনা মখোয়গী মমিং চংনবা মিংচং তান্নকই। মমিং চংনবা, মীয়াম্না খংনবা হোৎনবদা সংসার অসিদা লৈরিবা এৱার্ড, রিৱার্ড কয়া ফংনবা হোৎনরকই। মেটরিয়েলগী এডুকেসনগী ৱাখল লৈবা মীওই খুদিংমক মখোয় মখোয়গী অপাম্বা য়াম্না ৱাংনা লৈ। অরানবা মীবু গুাকশিবা কয়া ঙল্লোই, আইন লো কয়া শিজিন্নরক্কনি। মীঙোন্দা মতেং পাংবা মতমদসু মহাক্কী মমিংদা মতেং পাংবা পান্নকই। মতেং পাংলিবা খুদিংমক্কী হল্লকপা রিটর্ন হায়বদু য়েংলকই। মেটরিয়েল এডুকেসন, মেটরিয়েল লাইফ খুদিংমক অরোইবদা অৱা অনা খর মাইয়োক্লে। মসি মেটরিয়েল হায়বদি পোৎ চৈ possession ওইবনিনা অরোইবদা পোৎ চৈ অদু মাংখিবা চংখোকখিবনি। মেটরিয়েল লাইফ খুদিংমক possession লাইফ ওই। মীওইবগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা মেটরিয়েল লাইফ, মেটরিয়েল থিংস things খাদোকপা ঙমদবদগী হায়বদি রিনাউন্স renounce তৌবা ঙমহৌদবদগী মীওইবগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা ৱাখল হকচাংদা অৱা অনা মাইয়োক্লে।

অনিশুবগী - স্পিরিচুয়েল এডুকেসন্দনা রিনন্সিয়েসন তৌবা ঙম্নবা হোৎনবা অদুনি। মসিদা হকচাং মনুংগী ইন্দ্রি কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনবনি অদুগা অতোপ্পা অমনা মপালগী সংসার ৱার্ল্ডগী ওইবা পোৎশকশিংবু ঐগীনি হায়না possession তৌদবনি। কনাগুম্বা মী খরদি সংসার ৱার্ল্ডগী পোৎশকশিং মখাগী ওইনা possession থম্লগসু মতম অমদা any time দা হেক্তা খাদোকপা রিনাউন্স তৌবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদি অশিংবা wisdom লৈবা মীশিংনি। স্পিরিচুয়েল এডুকেসন, স্পিরিচুয়েল লাইফ হায়বসি করিসু নত্তে মসি মনিংতম্বা পুন্সি অমা লেন্নবা তানবনি। শম্না হায়রবদা স্পিরিচুয়েল এডুকেসন হায়বসি রিনন্সিয়েসন অমসুং মুক্তি renunciation & mukti তানবনি।

স্পিরিচুয়েল এডুকেসন পামজবা মীশিংনা হৌজিক্কী স্কুল কলেজ

য়ুনিভর্সিটিদা তম্লিবা মওংশিং অসিদা লাইরিক তম্বা কয়া থব্রায় য়াওবা পামদে। মখোয়না ঈশ্বরগী ধর্ম্মগী ওইবা স্ক্রিপচর লাইরিক তম্বা পাম্মী। লাইরিক অসি তম্বদা সার্টিফিকেট ফংবগী দরকার ওইদে। মরু ওইনা হকচাং বোডি এন্দ সেন্স কন্ট্রোল তৌবা ঙম্বা অদুখক্তনি। স্পিরিচুয়েল এডুকেসন ফংলবা মীওইশিংনা সরকারগী থবক তৌবা কয়া পামগন্দে, য়াম্না চম্না মনিং তম্না হিংনবা হোৎনৈ। মীওইশিং অসিগী ব্রাখলদা শক্তি পায়বা, অব্রাংবা থাক্কী ফম পায়বা, ইনাকখুনবা মীংচৎ তানবা এব্রার্ড তানবা, আইন লো মীওইবদা শিজিন্নবগী ব্রাখল অমত্তা লৈতে। অরানবা মীবু ঙাকপীবা, থৌজাল হৈবা, মতেং পাংবনা মখোয়গী মথৌ ওই। মীঙোন্দা মতেং পাংবা অসি ঈশ্বরদা মতেং পাংবনি হায়না মখোয়গী ব্রাখন্দা থম্মী। মীওইশিং অসিনা মখোয়গী অপাম্বা অদু থাদোক্লবা মতুংদা মীওইবদা অরানবদসু অচুম্বদসু অফবগী মতেং পাংবা ঙম্লবা মতুংদা মখোয় পুন্সি লম্বী হেক পোকপদগী শিবা ফাওবগী লম্বী অদু মায় পাক্লবা মতুংদা ঈশ্বরগী খুভম নিভার্ন ফংনবা, নিংতম্নবা হোৎনবা অদুখক্তনি। ঈশ্বরগী খুভম ফংবা হায়বসি করিসু নত্তে মীওইবগী পাপ্ কোকপা, পাপ্ লৈহন্দবা, মনিংতম্না হিংবা হায়বনি।

{Sri Ramanuja Gita Bhasya (Sri Ramakrishna Math Chennai) Chapter 18 Liberation through Renunciation, P 542-607}

**************

**"The love for the world is root of all evils"**

***- Prophet Muhammad -***

# Chapter -19

# মীওইবগী ধর্ম্ম

মীওইবনা সংসার অসিদা থবক কন্না শুরিবগী মরম অমদি মীওইবনা পুন্সি লম্বী চৎপা অসিদা অৱা- অনা কয়া অসি মায়য়োক্লবা ঙম্লবগীদমক নত্তুগা অৱা অনা কয়া থোক্তনবগীদমক থবক কন্না শুবনি। মীওইবনা থবক শুরিবা অসি পুন্সি হিংবা ঙম্লবনি। থবক শুকশু শুদ্রবা মীশক অদুদি কৈদৌনুংদা ঈশ্বরনা চানবীদে।

মীওইবনা মীওইবগী পুন্সিদা তৌগদবা থৌদাং অসি য়াম্না মুন্না খঙদোকপা অমা দরকার ওই। পুন্সিদা তৌগদবা থৌদাং অসি খঙদোকপা ঙমদবদগী মীওইবনা হোৎনরিবা তৌরিবা থবক অদু পুন্সিদা মায় পাকপা ঙমদে। মীওইবা অয়াম্বদি জ্ঞান তাবা ঙমদবদগী মপুং ফাবা ওইবা ঙল্লোইদবা থবক্তা, পোৎশক্তা মপুং ফানবা হোৎনবা অদুগা অমনা অচুম্বা পুথোকপা ঙল্লোইদবা পোৎশক্তা অচুম্বা পুথোক্লবা হোৎনবা, তৌরিবা থবক অদুনা কৈদৌনুংদা মায়পাকপা মহৈ য়ানবা ঙমদনা কান্নদবদা হকচাংদা ৱাহনবা, ৱাখল লায়না পোকহনবগী পুন্সি অমা ওইহল্লি।

যীশু খৃষ্ট অমদি গৌতম বুদ্ধ সংসার অসিদা মীওইপোক ওইনা পোকপগী অমদি মখোয়না তৌখিবা থবকশিং অদু মপুং ফাবা মহৈ য়ানবা অমা ওইখি। যীশু খৃষ্টনা মীওইববু নুংশিবা ঙম্বা, অরানববু ঙাকপিবা ঙম্বা, মীওইবগী পাপ্

কোকপিবা ঙম্বা, হিলিং টস Healing touch পীবা ঙম্বগীদমক্তা পৃথিবীদা মহাক্কী মমিং লৈহৌবা ঙম্মী। গৌতম বুদ্ধনা মীওইবদা তৌখিবা থৌজাল, অমদি মীওইবগী ৱাখল শান্তি থম্নবা হোৎনবদা চৎকদবা অচুম্বা লম্বী তাকপিরম্বা, মহাক্কী ৱাখল হকচাংগী মেডিটেসন অসিনচিংবা কয়াশিং অসিনা তাইবং সংসার অসিদা মপুং ফাবা পোৎশক অমা ওইনা থম্লম্মী।

পৃথিবীদা ফাওরবা নিংথৌরেল অশোক্না গৌতম বুদ্ধনা চৎখিবা নিয়ম নিতিবু পামজখিবা অমদি বুদ্ধিজম্বু এসিয়া মহাদেশ শিনবা থুংনা শন্দোকখিবগী মরম কয়া লৈ। মমাংঙৈদা নিংথৌ ওইবা খুদিংমক মমিং চৎকে থমগে হায়রগদি লাল তৌনবা, মীতোপকী লম লৌশিনবা ঙম্বা হায়বসি চৎনবী অমা ওইরম্মী। অশোক্না অতোপ্পা মীতোপকী লম লৌশিন্নবগীদমক কলিঙগা ৱার শোক্লরম্মী। মহাক্না লাল অদুদি ঙমখি। লাল অদুদা মীশি মীনা য়াম্না থোকখি। লাল ঙম্বগী নুংঙাইবগী মহুত্তা মীশি মীনা উরুবদগী থম্মোয় শোক্না মহাক্না নুংঙাইখিদে। মহাক্না মহাক্কী লৈবাক শান্তি থম্নবগীদমক অমদি মহাক মশাগী ৱাখল হকচাং শান্তি থম্নবগীদমক্তা বুদ্ধিজম ধর্ম্ম চৎখি। বুদ্ধিজমগী ধর্ম্মনা মহাক্না মীওইবা খুদিংদা থৌজাল হৈবা ঙম্বগী থবক পাংথোকপা ঙমখি। মসিদগীনি অশোক্না পৃথিবীদা মহাক্কী মীংচৎ থম্বা ঙমখিবসি। মীওইবগী মরক্তা মীওইবগী ধর্ম্ম নিয়ম নিতি লৈবা দরকার ওই। ধর্ম্ম হায়বসি করিসু নত্তে, অতোপ্পা মীওইদা পৱার শক্তি শিজিন্নদবা, ঙাকপিবা ঙম্বা, থৌজাল হৈবা, কাহেনবা অপাম্বা থাদোকপা ৱার্ল্ডলি ওইদবা অমদি রিনাউন্স তৌবা ঙম্বা অদুখক্তনি।

অহল লমলশিংনা তাকপিরম্বা লাইৱা ঃ

মীওইবা ঐখোয়না শান্তি ওইনা হিংনবগীদমক ঈশ্বর ওইখ্রবা অহল লমনশিংনা হায়বিরম্বা তাকপিরম্বা ৱাহৈশিংবু শিজিন্নবা অদুবু লাইৱা হায়না খঙনৈ। অমরোমদা য়াম্না লাইনা তাবা ফংবা লাইগী ৱাহৈশিংনি হায়দুনা লাইৱ া হায়নসু খঙনৈ। ইচম চম্বা লায়ৱাগী ৱাহৈ খরদি - মী হাৎকনু, ওইদবা ঙাঙগনু,, হুরানগনু, মীবু লান্না মরাল শীরগনু, নমা-নপা অমদি কৈরোয় লৈকাইগী মীওইশিংবু নুংশিয়ু, মতেং পাংঙু, অপাম্বনা হেলহনগনু, লাম্লবা মীবু ঙাকপিয়ু, তোল্লবনা মতেং নিবদা পীয়ু অমদি ইশাগী হকচাং ইন্দ্রি ৱাখল কন্ট্রোল তৌবা

অসিনচিংবনি। হায়রিবশিং অসি অরাইবা ঙাক্তনি অদুবু থবক ওইনা পাংথোকপদি হেক্তা ঙমদে। মী অমনা মাগী পুন্সিদা তৌগদবা অচুম্বা থবক্তি খজিক্তনি অদুবু রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙমদবনা অচুম্বা থবক খর ফাওবা পাংথোক্লমদবা মীওইবা কয়ানি। অচুম্বা থবক খজিক্তা তৌবগী ব্রাংমদা হেক্তা তৌথোরকপা থবকশিংদি - শাসন, পব্লার শক্তি পাইবা শিজিন্নবা পাম্লকপা, ইনাকখুনবা ষ্টেটস এন্দ পোজিসন ব্রাংনা হিংবা পাম্বা, মশাগী মথৌ নত্তনা অতোপ্পা মীওইদা অকায়বা পীরকপনচিংবনি। হায়রিবা থবকশিং অসি তৌবনা মীওইবগী সমাজদা শান্তি লৈহন্দে।

ঐখোয় মীওইবনা পুন্সিদা তৌরিবা থবকশিং অসি অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না খল্লি। অদুগা মমৈথংদা অরানবা হেক্তা য়াওরম্মী। করম্বা পুন্সি লম্বীদা চৎলগা মায় পাক্তনি, শান্তি ওইগনি হায়বদু খঙনবা হোৎনবা রিয়েলাইজেসন তৌবগী মথৌ তাই। অচুম্বা পুন্সি লম্বী অদু রিয়েলাইজেসন তৌরগদি ঐখোয় মীওইবনা কনা অমত্তদা অকায়বা পীররোই, খৎন চৈনবা লৈররোই। ঐখোয় মীওইবনা ঈশ্বর ওইখ্রবা অহল লমনশিংনা তাকপিরম্বা স্ক্রিপচরশিং অসি ইল্লগদি ঐখোয় পুন্সি শাংগনি, ঈশ্বরগী মঙ্গল ফংগনি, হকচাং ফগনি, থম্মোয়নুংদা ইনাক খুনগনি।

**************

"Religion is the practice of love - of compassion -
in all the walks of life"
*-Ashoka-*

# Chapter -20

# অচুম্বা মী

অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপানা মচাশিংদা অফবা অচুম্বা মী অমা ওইননবা হোৎনৌ তাকপি। অফবা অচুম্বা মী অমা ওইবসি য়াম্না অরুবা থবক প্রাক্টিস অমনি। অফবা অচুম্বা অমগী অর্থ চপ্ চানা পীবা অসি অরাইবা অমদি নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক নিংথিনা তম্লবা মতুংদা অচৌবা মী অমা ওইরগা নত্রগা শাসন্ পৰার পাইরগা সংসারগী অশোয়বশিং অসি চুমথোক্লুবা হোৎনরিবা থবক তৌরিবা মী অদু অফবা অচুম্বা মী পুরা কৌবা য়াদ্রি। মরমদি ফত্তবা অশোয়বশিং চুমথোকপশিং অদু মতম খরতগী ওইগনি। মতম খরগী মতুংদা অমুক হন্না ফত্তবা অশোয়বশিং অদু লাক্কনি। মসিনা তাকপদি সংসার অসিদা ফত্তবা অশোয়বা অমত্তং ফাওবা চুমথোকপা ঙম্লোই। অশোয়বশিং অসি মীওইবনা পুশিল্লকপা ঙাক্তনি। অশোয়বা লাক্কনি অদুগা অমুক চৎখিগনি রিসাইকলগী পোৎশক অমনি। কনাগুম্বা মী অমনা অরানবা চুমথোক্লুবা হোৎনবদা য়েক্লবা চাম্মা থোরক্কনি।

স্ক্রিপচরনা অসুম্না হায় - অফবা অচুম্বা হোলি ওইবা মরুপ মপাং ঙাক্তা তিন্নরগদি অফবা মী ওইবা ঙম্মী। য়াম্না লুরিবদি তিন্নরিবা মরুপ মপাং খুদিংমক অফবা অমসুং ফত্তবা অনি থোক্লা খন্দোকপা অসিসু অরুবা থবক অমনি।

ছাত্র-ছাত্রিশিংনা লাইরক তম্বদা অহেনবা তান্নবা কম্পিটিসন তৌননবা

হোৎনৈ। অসিগুম্বা কম্পিটিসন তৌনবা অসিনা অফবা পুরকপা পুরা কৌবা য়াদ্রি মরমদি ছাত্রশিংগী মরক্তা কম্পিটিসন তৌনবা অসিনা য়েক্লবা নুংশিনদবা খরদি পুরকই। কম্পিটিসনগী মহুত্তা লাইরিক্তা য়াওরিবা ভেল্যু অদুখক্তা খঙলগা ইশাগী কান্নবা ফংবা অমসুং অতোপ্পা মীওইগী সেবা মতেং পাংবা ঙম্বা অদুখক্তনি। লাইরিক তম্বদা রিব্বার্ড এব্বার্ড য়াম্না ফংবা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা অমদি নত্তে। পৃথিবীদা ফাওরবা মীশিংগী মরক্তা গৌতম বুদ্ধ, যীশু খৃষ্ট, স্বামী বিবেকানন্দা রিব্বার্ড অমা ফাওবা ফংখিদে। রিব্বার্ড অমা ফাওবা ফংনবসু হোৎনবা লৈখিদে।

অচুম্বা মী অমা ওইবা হায়বসি স্বামী বিবেকানন্দনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি মী অমনা ময়ামগী প্রজাগী থবক অমা পাঙথোকপা মতমদা চাওথোকপা হায়বদি ইগো সেন্স লৈরোইদবানি। মী অমগী ইগো সেন্স লৈরগদি মহাক অদু অচুম্বা মী অমা ওইদে। অচুম্বা মী অমা হায়রগদি মশাগী অপাম্বা সেলফিসনেস লৈতবা, অরানবা মীবু ঙাকপিবা ঙম্বা, থৌজাল হৈবা অসিনচিংবনি। মহাক্না তৌরিবা থবক্না মীঙোন্দা অতোপ্পদা নুংঙাইতবা পোকহন্দবা, য়ৈখায় থিনগাইবা তৌরোইদবনি। মহাক্কী রাইট আইডিয়েলনা মী অতোপ্পদা বিচার জজমেন্ট তৌবা অমদি দন্দি পীবা অচুম্বা খোংথাং নত্তে। মহাক্কী অচুম্বা আইডিয়েল রাইট অদুনা অরানবদসু, অচুম্বদসু অফবা পুরক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবা ঙম্বা অদু অশেংবা খোংথাং অমনি। মহাক্কী অচুম্বা রাইট মহাক মশাখক্তদা থমগদবনি। মহাক্কী রাইট মহাক্কী অপাম্বা মীঙোন্দা অতোপ্পদা থম্বা য়াদে। অতোপ্পা মীওইদা মতেং পীরিবা পাংলিবা অদুগী মহৈ খুদোংচাবা করিমত্তা লৌবা য়াদে। মীওইবগী পুন্সিদা ঐগী ওইবা পোৎশক খুদিংমক মফম মতম চানা রিনাউন্স তৌনবা হোৎনগদবনি।

মালেম সংসার অসিদা অফবা অচুম্বা মীওই কয়ামুক লৈ মদুগী মনুংদা গৌতম বুদ্ধসু অমা ওই। নিংথৌ মচা গৌতম বুদ্ধনা নিংথৌ ওইয়ু হায়বা য়াখিদে। নিংথৌগী ফম মহাক্না রিনাউন্স তৌখি। সংসার অসিদা মহাক্কী য়েক্লবা মী অমা ফাওবা লৈখিদে। মহাক্কী ব্রাখলদা সাসন পায়বা, অব্রাংবা ফম পায়বা, ইনাকখুনবা, মায়পাকপা মায়খিবা, অব্রাবা নুংঙাইবা, তোংবা মাঙবা, থিনা চৈবা, থাগৎপা, ফজবা অথিবা, মীংচৎ তানবা হায়বশিং অসি করিমত্তা লৈতে।

মহাক্কী মথৌদি মীয়ামদা সেবা তৌবা ঙম্বা অমদি মহাক্কী ব্রাখল হকচাংবু শান্তি থম্নবা মেডিটেসন ধ্যান তৌবা ঙম্বা অদুখক্তনি।

**************

**"After all, the one great meaning of life is to be kind"**
***- Abraham Lincoln -***

# Chapter -21

## সংসারগী অঙকপা লীলা,দ্রামা

মালেম সংসার অসিদা ঐখোয় মীওইবনা অচৌবা পোৎলুম অমা পুদুনা চৎলি। ঐখোয়না পুরিবা পোৎলুম অসি ঐখোয় মীওইবনা শিরবা মতমদদি ম্যায়াগী ওইবা পোৎলুম অসি পুদরে। সংসার অসি মশাগী ওইনদি নেচর লো অমগী মখাদা করিমত্তা কায়দনা চৎপনি। অদুবু সংসার অসিদা থোক্লিবা থৌদোক রাথোক খুদিংমক মীওইবনা শান্নবা লীলা,দ্রামানি।

মীওইবনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তম্বদা অমগা অমগা মীথোই মীহেন ওইনবা তান্নরকই। হৌজিক্কী মতমদনা ছাত্র ছাত্রিশিংনা দিগ্রী, মাষ্টর, পি ঐচ ডি ফংনবা হোৎনরি। অদুবু হৌজিক্তি হায়রিবা দিগ্রী, মাষ্টর পি ঐচ ডি ফংবা মশিং য়ামখৎলকপদগী সরকারগী গভর্নমেন্টকী থবক মুন্নবা হৌরক্লি। থবক জোব মুন্নবা অসিদা অমগা অমগা খৎন চৈনবা, য়েৎনবা অহেনবা তান্নবা ঙাক্তা ওইরি। অমরোমদনা লায়রবা কয়ানা লাইরিক নিংথিনা তম্বা ঙমহৌদবদগী মশাগী হিংনবগীদমক্তা অরানবা এন্তি সোসিয়েল ওইবা থবক কয়া তৌরি। পোলিটিকেল লেবেলদনা অমগা অমগা পৱার শক্তি মুন্নরি। হৌজিক্তি কনানা অচুম্বা, কনানা অরানবা হায়বদু খন্দোকপা ৱারি। পুম্নমক অসিনা সংসার অসিগী অঙকপা লীলা, দ্রামা অমা ওইরি।

ঈশ্বর ওইখ্রবা অহল লমনশিংনা হায়বিরম্বগী মতুং ইন্নদি ঐখোয় মীওইবনা

শান্তি ওইনা পানগে হিংগে হায়রগদি সংসার অসিগী অরোনবা অচুম্বা ট্রু সেক্রেট true secret অদু খঙনবা হোৎনবা তাই। মদু ওইরগদি হায়রিবা সংসারগী অঙকপা লীলা, ড্রামা অসিদা য়াওররোই, অৱাবা মায়য়োক্লররোই। মদুদগীদি মীওইবগী হকচাং ৱাখন্দা শান্তি থম্বা ঙমগনি।

হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী লমদম অসিদা থোক্লিবা মীশি মীনা অকিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া অসি মখা তানা থোক্তনবা, শান্তিগী মাইকৈদা চংশিন্নবগীদমক্তা করিগুম্বা খুদম অমা নৈনবা য়াই মদুদি মমাংঙৈদা পৃথিবীদা শক্তি মপাঙ্গল কল্লবা, হিসটরিদা মমিং লৈরবা রোমান এম্পায়র অমদি পৃথিবীদা য়াম্না ফজখ্রবা গ্রীক সিভিলাইজেসন অসি পৃথিবীগী মীয়াম পুম্নমক হেন্না খঙনরবা অমনি। অদুবু মখোয় মশেল অমগা অমগা মপাঙ্গল কনবা, পৱার শক্তি তান্নবা, খৎন চৈনবা, লাল তৌনবদগী ফজখ্রবা পোৎলমশিং অদু থুগাইদুনা উফুল ওনখি। মীশি মীনা থোকখি। অরেম্বদা তাখি। মদুগী মতুংদগী মখোয় জ্ঞান অমা লাকখি মদুদি মখোয়না পৃথিবী অসি চুমথোকপা ঙম্লোই। চুমথোকপা, অচুম্বা হায়বসিদি ঐ ইশা খক্তনি। ইশাখক্তদা অচুম্বা লৈরগা শান্তি থম্নবা হোৎনবা অদুখক্তনি। ঈশ্বর ওইখ্রবা অহল লমনশিংনা হায়বিরমবা পাউতাক অমা লৈ মদুদি - "মীওইবনা অশিংবা জ্ঞান তাবা অমা ওইরকপসি থৌদোক ৱাথোক থোকখ্রবা মতুংদা ওইরকই। ইংলিস্ত হায়রগা People becomes wise after the blow।

মীওইবা খরনা সংসার অসিদা অফাওবা মমিং চৎপা মথৌ পাংথোকপা মায় পাকপা মী অমা ওইখিবা ঙমখিবগী মরম খর স্কোলার কয়ানা মত পীরি মদুদি মী অমনা মহাক্কী পুন্সিগী অচুম্বা পান্দম রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্বা অমদি মদুবু পাংথোকপা ঙমখিবা অসি মহাকপু তাকপিখিবা ওঝা অমা শোইদনা লৈগনি। মীওইবা খুদিংমক সংসার অসিদা পোক্লকপা অমদি চাওরকপা মতমদা ম্যায়াগী ওইবা ঈচেলদা চৎলি, হুম্মী। মতাং অসিদা Proverb অমা শিজিন্নৈ - "তুরেলগী ঈশিং হনগৎনা চেন্দে"। মীওই খুদিংমক ম্যায়া সংসারনা, ম্যাযা হকচাং ইন্দ্রিনা অরানবা লম্বীদা হেক্তা পুই। হকচাং ইন্দ্রিগী অপাম্বা নিয়ম নিতি চুম্না শিজিন্নবা অমদি ম্যায়া সংসারগী অরোনবা ট্রু সেক্রেট অদু খংবা ঙম্বা, পাংথোকপা ঙম্বা মী অদু অফাওবা অমা শোইদনা ওইগনি। হায়রিবা অসি

effort and practice অমনি। হায়রিবা পারা অসি রামা কৃষ্ণনা স্বামী বিবেকানন্দাদা তম্বীরম্মী। পারাশিং অসি থবক ওইনা পাংথোকপদগী স্বামী বিবেকানন্দা মমিং চৎখি। স্বামী বিবেকানন্দনা মহাক্কী ওঝা গুরু রামাকৃষ্ণ থেংনরমদ্রবদি অফাওবা মী অমা ওইবা ঙম্লোই। অফাওবা মী খুদিংমক মহাক মহাক্কী ওঝা অমামম্ শোইদনা লৈগনি। মসিনা তাকপদি যীশু খৃষ্ট অমদি গৌতম বুদ্ধবু তাকপিখিবা ওঝা অমামম্ শোইদনা লৈরমগনি। মখোয়গী ওঝা অদুদি মীয়াম্নদি খঙহৌদরে।

স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি - মীওইবনা হেক পোক্লকপা নুমিৎ অদুদগী মহাক্কী মশাদা এডুকেসন অদু য়াওজরবনি। মহাক্না মশাদা য়াওজরিবা এডুকেসনগী ওইবা পোৎশকশিং অদু পুথোক্লবা হোৎনজবা অদুখক্তনি। খুদম অমা - লাইরিক হৈতবা লৌমী অমনা মশাগী লৌফম অদু করম্বা মতমদা লৌ হুনগনি, করম্বা মতমদা ফৌ ময়াম অমা লোক্কনি, অদুগা ব্রাৎতা পাদনা শাস্তি ওইনা হিংগনি হায়বসি তপ্না তপ্না খঙলকই। মসি মশানা মশাগী হিংনবা হোৎনবা এডুকেসন অদু পুথোকচবনি। এডুকেসন হায়বসি ইশাবু হিংজবা ঙম্বা অমদি মীঙোন্দা মতেং পাংবা ঙম্বা অদুখক্তনি, Self reliance and service অমনি।

**************

**"Strict Observance of Bramacharya is the secret of success"**

***- Hindu Scripture -***

# Chapter -22

## ডিভাইন্ লভ (Divine Love)

ঐখোয় মীওইবনা অমগা অমগা নুংশিনবা অসিনা মীওইবগী মরক্তা শান্তি থমদুনা ঈংনা পানবা ঙম্মী। অমগা অমগা নুংশিনবা অসিনা খৎন চৈনবা হাৎন শুনবা কয়াদগী কম্থোকপা ঙম্মী। সংসার অসিদা নুংশিবা হায়বসি মখল কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিবা, মরুপ মপাংগী নুংশিবা, পাখঙ লৈশাবীগী নুংশিবা, মপানা মচা নুংশিবা, মমানা মচা নুংশিবা অসিনচিংবনি। মরুপ মপাংগী নুংশিবা অয়াম্বা মশা মশাগী ওইজবা থিবদগী কায়রকই। মাগী মাগী-অপাম্বা খেৎনরকপা, ব্রাখল খেৎনরকপা, তুং কোইনা লৈমিন্নবা য়ারক্লোইদবা অসিনচিংবনি। পাখং লৈশাবীশিংগী নুংশিবদি ঐখোয় মীওইবনা তোয়না তোয়না প্রমান পাম্থে অমা শীজিন্নরি - লমহুইনা অঙ্কুর অথুম্বা চানিংবদগী কন্ন কন্না চোংখত্তুনা ফংনবা হোৎনবদা মমৈথংদা ফংদ্রবা মতুংদা অঙ্কুর শীল্লি হায়রগা চৎখিবা অদুগা চপ মান্নে।

মথংদা মপানা মচা নুংশিবা অসিদনা মপানা মচা নুংশিবা মতমদা রেষ্ট্রিকসন কয়ামরুম থম্মী - তৌবা য়াবা, তৌবা য়াদবা, রুল কয়ামরুম শেম্মী। মরম অসিদগী মপাগা মচাগা খৎনবা ঙাঙন শক্লবা য়াদবা, তিন্নবা য়াদবা অয়াম্বা ওই। অদুগা মমানা মচা নুংশিবা অসিমদি ফজবা অঙকপা অমনি। পৃথিবীদা লৈরিবা মচা খুদিংমক মমাদা (ইমাদা) নীংঙাই তৌই, কপ্পি। মমানা মচাগী

নীংঙাই তোক্লবা কবোক নত্রগা পৈশা পী। মদুদা মচাগী নীংঙাই তোকই। মচানা মীগী মপোৎ হুরাল্লুরবা মতমদা মপুনা তান্নরকপা মতমদা মমানা ঐগী ইচাদি মীগী মপোৎ হুরান্দে হায়বা ফাওবা ঙম্মী। মসিদা মমানা মচা অদু হুরানবনি হায়বসিদি খঙই অদুবু মচা অদু কন্নবা হোৎনবনি।

মমা অয়াম্বনা মচা অফবা ফত্তবা অনিমক পোকই। অফবা ফত্তবা মচা অনিমক্ মখোয়গী অপাম্বা ফংনবা হোৎনবদা মমাদা নীংঙাই তৌই। মচানা মপাদা নীংঙাই তৌদে। মরমদি মমানা মচা ফত্তবা অদু ঙাকপিবা কনবীবা ঙম্মী। মরমশিং অসিদগীনি ঈশ্বর ওনথ্রবা অহল লমনশিংনা হায়রিবসি - মমানা মচা নুংশিবা Mother's love অসি ঈশ্বরগী নুংশিবনি, Divine love অমনি হায়রিবসি। ঈশ্বরনা অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমকপু ঙাকপিবা কনবীবা ঙম্মী। মরম অসিননি মীওই খুদিংমক্লা মাডর্স লভ, ডিভাইন্ লভ অসি ইশা ইশাদা লৈনবা Cultivate তৌনবা দরকার ওই হায়রিবসি।

ঈশ্বর ওইথ্রবা অহল লমনশিংনা হায়বিরম্বগী মতুংইন্না ঐখোয় মীওইবগী ব্রাখল হকচাং অসি মতম চুপ্পদা শান্তি থম্লবা হোৎনবা তাই। মখোয়না তাকপিরম্বগী মতুংইন্না - ব্রাখল হকচাংদা শান্তি থম্লবা অরাইবা পাম্বে অদুদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী লাইরিক হোলি বুক পাবা তাই। ঐখোয়গী ব্রাখল অসি মতম পুম্বদা ঈশ্বরদা থাজবা থম্বা তাই। ঈশ্বরনা মীওইবগী মপোক অসি শেম্বী হায়বদি ঐখোয়না অমুক পোকই, অমুক শি, অদুগা অমুক পোকই। পোকপা শীবা অনিগী রিসাইকল অসিদা লৈ। হায়রিবা রিসাইকল অসিদা অব্রাবা নুংঙাইবা অনিমক লৈ। মীলই খর অমদি হেক পোকপদগীনা শিবা ফাওবা নুংঙাইনা লৈবা য়াওখি। অদুগা অতোপ্পা মীওই খরদদি হেক পোকপদগী শিবা ফাওবা ব্রাদুনা মীখা পোন্দুনা লৈবা য়াওখি। তশেংবদি মীওইবগী অব্রাবা নুংঙাইবা অনি অসি ঐখোয় মীওইবনা থোকহনবনি। ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদুনা খৎনবগী অব্রাবগী মীখা পোনবগী, নিংবা কায়বা ওইংগদবা থবক ঙাক্তা তৌরগদি শান্তি ফংবা ঙম্লোই, মনিং মখা তম্বা ঙম্লোই। অব্রাবা ঙাক্তা থেংনগনি। মরম অসিননি মীওইবনা থবক তৌবা মতমদা মনিং মখা তম্বা ওইংগদবা থবক ঙাক্তা তৌ হায়রিবসি। মনিং মখা তম্বা থবক তৌরগদি পুক্নি অসি মনিং মখা তমগনি। খুদম

অমা নৈনসি - মুগা তীল্ অমনা মাগী তীল মহুম অদু শেম্লবা থবক কন্না হোৎনৈ। তীল্ মহুম শারবা মতুং মতম খর লৈরগা কুরাক ওল্লবা মতুংদা মাগী মহুমদগী পাইথোকখি। অদুবু তীল্ মহুম খরদি কুরাক ওইনা ওনবা ঙমদবা নত্রগনা তীল্ মহুমদগী পাইথোকপা ঙমদদুনা মনুংদা শি। মসিনা তাকপদি ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদুগী মতুংইন্না অৱাবা ফংঙি নত্রগা নুংঙাইবা ফংঙি। হিন্দু ফিলোজোফিগী মতুং ইন্না মীওইবা ঐখোয়না হিংলিঙৈদা তৌরিবা থবক অদুগী মতুং ইন্না পোকপা অমসুং শিবা অনি অসি শেম্মী হায়। পোকপা অমসুং শিবা রিসাইকল অসিদগী ঐখোয়গী থৱায়না নাম্থোকপা ঙম্লগদি থৱায়না নীংতম্বা ফংলে, ফ্রিদম ওইরে হায়। মীওইবনা ম্যায়া সংসার অসিদা ঙাওদুনা জ্ঞান তাদদুনা অৱাবা থেংনবনি।

**************

**"He who chooses the plesant, misses his end"**

***- Veda -***

# Chapter -23

## সংসারদা খ্বাইদগী কনবা ফোর্স মায়া

লাইনিংবা মুনিশিংনা অসুম্না খল্লি মদুদি - নোংমা হায়বসি পুং ২৪না শাই। মসিগী মনুংদা পুং ১২/১৩দি নুমিৎকী মঙালনা ঙালহল্লি অদুনা লেমহৌরিবা পুং ১১ রোমগী অহিংগী মতমদসু থা থৱাম্মিচাকশিংনা খরমখৈদি ঙালহল্লি। নুমিৎ থা থৱাম্মিচাক্না পীরিবা মঙাল অসিদা মীওইবনা হিংবদি অদুমক য়ারিবনি। হৌরিবা পাল্লিবা মহৈ মরোংশিং অসি চারগা থৱায়না হিংবসু ঙম্মী। অসুম্নসু মুনি ঋষিশিংনা খল্লি মদুদি- মীওইবনা কাহেনবা অপাম্বা য়াওদনা চুম্না হিংদুনা অৱা অনা য়াওদনা শাংলবা পুন্সি ঈপাক অসি লানবা ঙমগনি, সংসারগী ওইবা ম্যায়াগী শক্তিনা মীওইববু অপাম্বা পোকহন্দুনা মমৈথংদা অৱাবা তাহল্লি। ম্যায়াগী শক্তিনা মীওইবা অমগা অমগা অহেনবা অকনবা তান্নহল্লি, নাপল ঈগো কাহল্লি। ম্যায়াগী শক্তিনা লৈবাক অমগা অমগা পাঙ্গল কনবা শক্তি কনবা তান্নহল্লি। শক্তি লৈ হায়বা, তৌবা ঙম্মী হায়বগীদমক ন্যুক্লিয়ার ৱার হেড ৱে পন্স শীজিন্নহল্লি। হায়রিবা খুৎলাইশিং অসি মী হাৎনবা ঙাক্তনি। চাওখৎপা হেনবা তান্নবনি, পৱার হেন্না পুথোক্লিবনি হায়দুনা ন্যুক্লিয়ার প্লান্ট থম্নবা হোৎনরি। ম্যায়াগী শক্তিনা মী অমগা মী অমগা কম্পিটিসন তৌনদুনা অহেনবা তান্নরি। ধর্মগী মিংদা লাল তৌনরি, টেরোরিষ্ট কয়া পুথোক্লি। কাংলুপ কাংলুপকী খেৎনবা ৱাখল পোকহল্লি। ম্যায়াগী শক্তিনা মরি মতা মচা মশু হেন্না লৈবা পামহল্লি, খুৎকন পাঙ্গনবা তান্নে। সংসার ম্যায়াগী অরানবনা মীওইববু অরানবা

লম্বীদা পুরি। সংসারগী মগুণনি ম্যায়ানি। ম্যায়াদা চঙলক্কগদি ম্যায়া ওনবা তারকই। অব্রা অনা, অশি অনা, কপ্পা লাউবা, নুংঙাইবা অব্রাবা খুদিংমক ম্যায়াগী পোৎশক ঙাক্তনি। মীওইবা কপ্লি, ম্যায়ানা নোক্লি। অব্রা অনাদগী লাপথোক্কে হায়রগদি ম্যায়াদগী লাপ্না লৈবা তাই। মুনিদি সংসার ম্যায়াগী অপাম্বা লৈতবনিনা ম্যায়ানা কুপশিনবা ঙমদে। মুনিশিংনা অরানবা মশক খঙবনিনা অচুম্বা চৎপা ঙম্মী। সংসার অসিদা ম্যায়াগী পোৎশক লৈরমদ্রগদি অচুম্বা মশক খঙবা ঙম্লোই। মুনিশিংনা হায়রম্মী মদুদি সংসারগী খ্বাইদগী অকনবা ফোর্স অসি ম্যায়ানি।

মোডরেট লাইফ ষ্টাইল ঃ

মোডরেট লাইফ ষ্টাইল হায়বা ইংলিসকী ৱাহৈ অমা লৈ। মসিগী অর্থদি মীওইবনা সংসার অসিদা হিংবদা কা হেন্দবা অদুগা ৱাৎপসু কয়া লৈতবা শম্না হায়রবদা ময়াই ওইনা হিংবা হায়বনি। ঈশ্বরগী গুণ চেনবা মীওইনা হায়বা ৱাহৈ অমা লৈ মদুদি "নহাক্না চম্না হিংলগদি সংসার অসিদা লায়রবা অৱাৎপা অমত্তা লৈরোই। মসিগী খুদম অমা পীরি মদুদি উচেক ৱাইয়াশিংনা মখোয়গী নুংতিগী ওইবা নত্তুগা হয়েং হংচিৎকী ওইবা মচিঙ্গাক্কীদমক ৱাবরা? হৌরিবা পাল্লিবা উহৈ ৱাহৈ খুদিংমক চাবা লোয়দনা পৎখিবা ঙাক্তনি। সংসার অসিদা থৱায়না হিংবগীদি অৱাৎপা করিমত্তা লৈতে। মসি পৃথিবী ইমানা মচাশিংগীদমক্তা মীওইবা জিবশিংদা পিরম্লবা ডিভাইনগী খুদোল অমনি"। মী অমনা মচা মশু য়াম্না পোক্লগদি হায়বদি ফেমিলি সাইজ চাওরগদি লাইরবা হায়বদু মাইয়োক্লে। শেল পায়বা, ইনাকখুনবা মী অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা শুবা নোম্বা কনবা হায়বদু মাইয়োক্লে। মসিনা তাকপদি ইনাকখুনবা লায়রবা হায়বা অনিমক অসি মীওইবনা শেম্বা ঙাক্তনি। ইনাক খুনবা লৈরিবমখৈ লায়রবা লৈগনি। শেল থুম হেন্না তানবা, হেন্না লৈবদগী, মীওইবগী মরক্তা য়াম্না খেৎনবা লৈরকই। হেন্না চাওখৎপা সিভিলাইজেসন, শক্তি পৱার শিজিন্নবনা মীওইবনা মীনুংশি লৈনা হিংবা হ্যুমেন্নিটিদা অচৌবা অকায়বা চৈথেং অমা পিরি।

মতাং অসিদনি স্কোলার কয়ানা মখোয়গী মত কয়া পীরি মদুদি পৃথিবীদা মেটরিয়েলগী পুন্সি মরেলনা ওইহল্লকপা খুদোংথিবা কয়া অসি কোক্লবগীদমক

মীপুম খুদিংমক্কা মোডরেট লাইফ ষ্টাইল অমা তন্না দরকার ওই। ফেমিলি সাইজ হন্থহনবা, নুপী অমখক্তা থিবা, ইচা ১/২ খক্তা লৈবা, লনথুমসু দরকার ওইবা খক্তা তানবা, হকচাংগী নুংঙাইবসু মোর্ডরেট ওইবা, হিরম খুদিংমক্তা ময়াই ওইবা, কাহেন্দবা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা দরকার ওই। মতাং অসিদা ইংলিসকী ব্রাহ্মে অমসু শিজিন্নে মদুদি সোভর লাইফ ষ্টাইল অমা ওইবা হায়বনি। হিন্দুগী ব্রাহ্মেদা যোগী অমা ওইবা হায়বা অসিসু মোডরেট লাইফ ষ্টাইলগা চপ মান্নে।

**************

**"Each soul is potentially divine"**
***- Swami Vivekananda -***

## Chapter -24

# অৱাবা ৱাখল লৈহন্দব

মীওইবগী পুক্সিদা মীওইবনা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা ৱাখল অনিমক খল্লি। চম্না অৱাবা নুংঙাইবা ৱাখল খনবদি থোইনা অৱাবা ৱাখল পুবা লৈতে। অদুবু করিগুম্বা থবক অমা তৌরুবগী ফল মহৈ অদু ফত্তবা অমা ওইরম্লগদি ৱাখলদা হকচাংদা অৱাবা হেক্তা পুই। ঐখোয় মীওইবনা হায়নবা অমা লৈ মদুদি ঐখোয়না থবক অমা পাঙথোক্লবা মতুংদা মদুগী মহৈ অদু শোয়দনা ফংগনি। মহৈ অদু মাংবা য়ারোই, মহৈ অদু ঐখোয়না চাগনি। মসিবু লো ওভ নেচর Laws of Nature হায়না কৌই।

অহানবদা মীওইবা ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক অদু অচুম্বরা নত্ত্রগা অরানবরা হায়বদু খঙদোকপা তাই। মদু খঙলগদি তৌরুবা থবক অদুগী অফবা মহৈ ফংদুনা অৱাবা ৱাখল লৈহন্দে। মীওইবগী কাহেনবা অপাম্বা ৱার্ল্ডলিনেস ওইবা লায়না অসিনা মীবু শিহল্লি, হাংহল্লি, খংন চৈনহল্লি। নুংঙাইগনি হায়দুনা তৌরুবা থবক্তা অরোইবদা অৱাবা পুবা থাংবা ঙম্লোইদবা চৈনা পুদুনা ৱাখল লায়না নাদুনা মশা মতোমতা শিজবা কয়ানি। সংসার অসিদা চংনরিবা অয়াম্বা অসি অরানবা ঙাক্তনি। মসিবু চুমথোক্লবা হোৎনরিবা অসিসু অরাইবা নত্তে অরুবনি। মসিগী মরমদি মাইকৈ খুদিংমক্তা য়েক্লবা ঙাক্তা থোক্লকই। হোলি লাইরক্তা অসুম্না হায় মদুদি কনা অমত্তনা সংসারগী অশোয়বশিং অসি চুমথোকপা ঙম্লোই। ইশা ইথন্তগী অশোয়বা অদু চুমথোকচবা অমদি লো ওভ নেচর খঙনা চংপা অদুখক্তনি। মুনিঋষি শ্রীরামাকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি সংসার অসিদা

মীওইবনা করিশু তৌনিংঙাই লৈতে, ফিদম্নফম ওইবা আইডিয়েল ওইবা লমচৎ শাজৎ চৎপা অদুখক্তনি। অচুম্বা লম্বীদা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎলগদি ৱাখলদা অৱাবা লৈহন্দে। অৱাবা ৱাখল লৈচিলনা নুমিৎকী মঙালদা কয়াম কুইনা লৈগনি। নুমিৎ থা-থৱাম্মিচাক খুদিংমক খোংচৎ কায়দনা চৎলি। মীওইবখক্তনি মাগী খোংচৎ ম্যায়ানা কায়হল্লিবসি। নুমিৎনা লৈচিল তাম্থোকপগুম অৱাবা ৱাখলসু তপ্ন তপ্না তাম্থোকপা য়াই। অচুম্বা লমচৎ শাজৎনা মীওইবগী ৱাখলবু শেংদোকপা য়াই।

মুনিনা শেল পামদে ঃ

ঐখোয় মীওইবনা খঙনবদা মুনি ঋষি হায়বসি তংখায় অমনা ঈশ্বরনি অদুগা তংখায় অমনা মীওইবনি। ঐখোয়না তৌরিবা খল্লিবা ৱাখল খুদিংমক মুনিসু খল্লি। খেৎনবা হায়ববু মুনিনা তৌরিবা থবক অদু ঐখোয় অয়াম্বনা তৌদে। মুনিনা তৌরিবা থবক খুদিংমক রিয়েলাইজেসন, রিনুন্সিয়েসন অমদি সেলবেসন ওই। মরম অসিনা মুনিনা সংসারগী অৱা অনা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙম্মী। ঐখোয়না মুনি ঋষি ওইদ্রগসু মুনিগী ৱাখল খরদি ঐখোয়না তমজবা দরকার ওই। মসিগী মরমদি অৱা অনানা থল্লবা ম্যায়া সংসার অসিদগী অৱা অনা খরদি ঙাকথোকচবা ঙম্নবা পাম্বে অমা থিবা ওইনা। মীওইবা ঐখোয়না শেল পৈশা য়াম্না পাম্মী অদুগা মুনিদি শেল পৈশা অমত্তা পামদে। মসিগী ৱারি মতেক অমা লৈ।

মুনি ঋষি রামাকৃষ্ণ নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা গঙ্গা তুরেন্দা চত্তুনা ইরুজৈ অমদি তুরেল মপালদা ফমদুনা ঈশ্বরবু নিংজৈ, খুরুমজৈ। নোংমদি মহাক্না পৈশা খর লম্বীদগী খুন্দুনা পুরক্লগা গঙ্গা তুরেল মপালদা ফম্মী। মখুৎ য়েত্তা পৈশা অদু পাই অদুগা মখুৎ ওইদনা লৈবাক খর পাই। মহাক্না মহাক্কী ৱাখন্দা মখুৎ অনিদা লৈরিবা পোৎশক অনিদু করম্বনা হেন্না লুম্বগে হায়বদু য়েংঙি হায়বদি শেল পৈশাগী কান্নবসি করি কারিনো ? মহাক্না খল্লি মদুদি শেল পৈশাগী কান্নবসি নুংঙাইবা পুন্সি লেনবা অমদি দাল ডোনেসন তৌবা ঙম্বা অসিনি। শেল পৈশাগী কান্নদবনা শেল পৈশানা মীবু মাঙহনবা, খৎন চৈনবা, হাৎনশুনহনবা কল্লক মীহৌবা পোকহনবা ঙম্মী।

অফবা অমসুং ফত্তবা অনিমক্কী গুণ লৈবা পৈশা অদু পাল্লক্তবদগী মহাক্লা গঙ্গা তুরেন্দা পৈশা অদু লংথোক্লম্মী। ব্রারি অসিনা তাকপদি পোৎশক অমা অফবা অমসুং ফত্তবা গুণ অনি লৈবা পোৎশক অদু কাহেন্না পামগনু পাইগনু হায়বনি। মীওইবদি অফবা কাওথোক্কুনা অরানবা ফত্তবা লম্বীদা হেক্তা চংশিল্লি। অরানবা লম্বীদা চংশিল্লগদি অব্রা অনা হেক্তা তাই।

**************

**"A tree is known by its fruits"**

***- Scripture -***

# Chapter -25

# মীওইবনা ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবা

ব্রার্ল্ডলিনেস হায়বা ইংলিসকী ব্রাহে অমা লৈ মসিগী অর্থদি সংসারগী ওইবা পুক্সি মরেল, মরুওইনা মেটরিয়েল পুক্সি ওইবা, সংসারগী পোৎশকশিংদা কল্লক মীহৌবা, অপাম্বা হেন্না চংশিনবা অমা ওইবনি। সংসার অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক ব্রার্ল্ডলিনেস লোইনা ওই অদুবু মী খরদি হেন্না ব্রার্ল্ডলিনেস ওইবনি। মীওইবনা চম্না হিংবা, নেচর লো খংনা হিংবদি অফবা খুদম অমনি অদুবু মী অমনা হিংবদা কা হেন্না ব্রার্ল্ডলিনেস ওইরগদি মী অদু অব্রাবা খুদোংথিবদা তাই। কাহেনবা ব্রার্ল্ডলিনেসকী খুদম খর নৈনবা য়াই মদুদি সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমকপু কল্লক মীহৌবা, মিংচৎ পাম্বা, ইগো লৈবা, কা হেন্না ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পাম্বা, লনথুম হেন্না তানশিনবা, মিচং শঙ্গ, মরী মতা চাওনবা হোৎনবা, পনবা য়াই। ব্রার্ল্ডলিনেসকী খুদম অমসু পীবা য়াই মদুদি মীওইবনা নিংথৌ ওইবা পাম্বা, শক্তি শিজিন্নবা, পাঙ্গল কল্লী হায়দুনা মীবু তুহৎপা মাংহনবা, হাৎপনচিংবা, হিরম অমগীদমক ইরাং শাগৎহন্দুনা ব্রাথোক লাম্লোক থোকহনবা, সোম্ব তৌবা ওল্লোইদবা ইশু পুথোক্লম্বা অসিনি।

ধম্মগী লাইরিকশিংনা অসুম্না ইরি মদুদি খৎন চৈনবা হাৎ শুনবা হায়বসি কদায়দগী থোরকপনো? হায়রিবশিং অসি ঐখোয়গী কাহেনবা অপাম্বা সংসার অসিদা থম্বদগীনি। অপাম্বশিং অদু ফংলক্তবা মতমদা খৎন চৈনবা, হাৎন শুনবরোমদা চথরকই। মসি কোকহনগে হায়রগদি সংসার অসিদা লৈরিবা

পোৎশকশিংদা কাহেনবা অপাম্বা থমগনু, ব্রাহ্মণলিনেস ওইগনু। চম্না হিংবা মীগা খৎনদবা,ঈশ্বরগী পাউতাক ইনবা, স্ক্রিপচর নৈনবা, অসিগুম্বা প্রাক্টিস তৌবা মীনা পুন্সি শাংনা ঈংনা হিংঙি! কাহেনবা ব্রাহ্মণলিনেস ওইবা মীনা পুন্সি তেনগনি,খৎন চৈনগনি, হাৎন শুনগনি। মী খুদিংমক মোডরেট লাইফ ষ্টাইল ওইগদবনি। গৌতম বুদ্ধনা অসুম্না হায় মদুদি ব্রাহ্মণলিনেস ওইবা মীশিংনা হকচাংগী কাহেনবা অপাম্বরোমদা চৎলি। অদুগা অশিংবা মীনা থব্রায়গী অপাম্বরোমদা চৎলি। গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক ইনবতনা লৈবাক শান্তি ওইবা, মীওইবগী পুন্সি শান্তি ওইবা ঙম্মী।

অব্রাবা হাপচিল্লকপা ঃ

হোলি স্ক্রিপচরদা হায়বা ব্রাহে অমা লৈ মদুদি অপাম্বা লৈত্রবা মী অদুদি ঈশ্বর অমগুম্বনি। মরম অসিননি পীক্লিবা অঙাংশিং অসি ঈশ্বরগা চপ্ মান্নৈ হায়নরিবসি। অদুবু ঈশ্বরগা মান্নৈ হায়রিবা অঙাংশিং অসি নোংম- নোংমগী চাউখৎলক্লুনা অঙাংশিং অদুদা লৈরম্বা ঈশ্বরগী মগুণশিং অদু নোংম- নোংমগী মাংথরকই। অঙাং অদুনা পাখঙ ফারকপা মতমদদি ঈশ্বরগী মগুণশিং অদু পুম্মাঙ মাঙখরে! মতাং অসিদনি ঈশ্বর মগুণ মাংদনবা ডিভাইন কলচর তৌনবা মুনি ঋষিশিংনা মীওইবা ঐখোয়দা হায়রম্লিবসি। ঈশ্বরগী মগুণ মাঙথরকপগী মরমদি ঐখোয় মীওইবনা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা সেন্স প্লেজর পাম্লকই। খুদম খর হায়রবদা মীৎ নাকোংনা মেটরিয়েলিজম পাম্লকই হায়বদি ফুরা দলান, লনথমু, ফজবা, কল্লক মিহৌবা ময়াম অমা পোক্লকই। মথংদা নাতোন, চীন- লৈনা মখল মখা কয়াগী মহাও তংবা চাবা থকপা পাম্লকই। মরম অসিনা নিশাগী ঈপাক্তা থুনা তাই। মথংদা হকচাং বোডিগী অপাম্বা অমা পাম্লকই। ইন্দ্রিগী অপাম্বা ঙাক্তা চৎলগদি মী অদু থুনা মাং তাকই। ইন্দ্রিবু নিয়ম চুম্না শিজিন্নবা ঙম্লগদি ঈশ্বরগী মগুণ ডিভাইন কলচর তৌবা ঙমগনি।

রামাকৃষ্ণনা হায়রিরম্মী মদুদি - ঐখোয়না ব্রারিবা, ব্রাখল পুন্সিগী প্রোব্লেম ময়াম অমা লৈরিবসি ঐখোয়না হকচাংগী অপাম্বা ঙাক্তা চৎথরুবননি। হকচাংগী অপাম্বদি কল্লক মিহৌবা, ওইজবা পিবা ঐগী

হকচাংগীখক্তনি, সেন্স প্লেজরখক্তনি খল্লুবদগীনি। হকচাংগী অপাম্বা ৱাখল অদু থাদোক্লগা থৱায়গী আত্মাগী অপাম্বা ৱাখলদা চংশিনবা ঙম্লগদি পুন্সিগী অৱাবা ময়াম অসি কোকপা ঙমগনি। আত্মানা সংসার অসিদা অপাম্বা অমত্তা লৈতে, চুম্না শেংনা হিংবতনি, প্রোব্লেম অমত্তা পুথোক্তে। তমজনিংঙাই ওইবা ঙাক্তনি। মথৌ কায়দনা তৌবা নুমিৎকুম্বনি। পুম্নমক অসি মীওইবগী প্রাক্তিসকী মখা পোল্লি।

**************

"কোঞ্জেং কোক্‌ফাইনা নোমগৈ নোম্লগা

মনগন্দা মরুম পুদুনা তোকই"

***- Meitei Scripture -***

Interpretation :

মসিগী অর্থদি মী অমনা থবক কন্না শুনোমদুনসু Worldliness, Attachment ওইবনা, মরম ওইদুনা নুপী লোনবা অমদি মচা মশু ময়াম অমা পোকপদগী মপুন্সিদা থাংদবা য়াদবা অৱাবা পোৎলুম পুদুনা চৎলি হায়বনি।

# Chapter -26

## লো ওফ নেচর

ঐখোয় মীওইবনা লাইরিক কন্না তম্লিবা খুদিংমক অসি পুন্সিদা নুংঙাইনা হিংনবা হোৎনবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী লাইরিক তম্লিবা মওং অসি ছাত্র ছাত্রিশিংনা অচৌবা ফম পাইদবা য়াদে হায়দুনা তস্বনি। হায়রিবা অচৌবা প্রোফেসন অসিদি লাইবক ফবা মীওই খরখক্তগী ওইগনি। হিরম অসিগী মরমদা স্কোলার কয়ানা মত কয়া পীরি মদুদি মহৈরোয়শিংনা লাইরিক তম্বা মতমদা মীয়াম্ পুম্নমক্কী কান্নগদবা লো ওফ নেচরগী লাইরিক খরদি তম্বা দরকার ওই। লো ওভ নেচর খঙহৌদবনা মরম ওইদুনা লাইরিক হৈরবা অচৌবা ফম পাইবা মীওই কয়া ব্রাখলগী টেম্পটেসন্না মরম ওইদুনা অমোৎপা করপসন তৌবা অমদি ফত্তবা টেম্পটেসন্না মশাবু মাংহঞ্জখিবা অমদি ফত্তবা মিংচৎ ফংখিবা কয়ানি। লো ওফ নেচরগী নিয়ম মুন্না খঙদ্রগদি করম্বা অচুম্বা থবক তৌগদগে হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমদে। মরম অসিননি মেটরিয়েলিজমগী নুংঙাইবা খুদিংমক অরোইবদা মেটরিয়েলিজমগী অৱাবা ফংলিবসি।

লো ওফ নেচরগী পারা অমা লৈ মদুদি চেং বেগ অমা হল্লাগাড়িদগী তাহৌরে। মদু উচেকশিংনা ইহান হান্না থেংনদুনা চেং খর চারবা মতুংদা পাইখরে। উচেকশিং অদুনা হয়েংগীনি হায়দুনা চেং খর পুদুনা চৎখিবা লৈতে। মথংদা মী অমা লাক্লুনা চেং বেগ অদু থেংনদুনা চেং বেগ অদু পুল্লপ পুদুনা চৎখ্রে। মসিনা

তাকপদি মীওইবদি হয়েং হংচিংকীদমক য়াম্না ৱাগল্লি। কাহেনবা অপান্বা লৈবনা অৱাবা লাক্লবগী লম্বী অমসু ওইহল্লি। ইন্দ্রিগী অপান্বদি লোইবসু নাইবা নত্তে। সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক্তা কাহেনবা অপান্বা লৈবা ফত্তে। মী অমনা মাগী অপান্বা লৈত্রবা অদুদি লো ওফ নেচরগী ওঝা অমগা মান্নরে। লো ওফ নেচরগী নিয়ম মুন্না খঙবা গৌতম বুদ্ধনা নিংথৌ ওইবগী অপান্বা থাদোক্লুনা অচুম্বা পুন্সি অমা ওইনা হিংখি। লো ওফ নেচরগী নিয়ম মুন্না খঙলগদি লাইরিক ময়াম অমা তম্লুবগী অর্থ কয়া লৈতে।

তাংলবা মীওইবগী মপোক ঃ

হোলি বুক গীতানা হায়বগী মতুংইন্নদি মীওইবগী মপোক অসি য়াম্না তাংনা ফংবা মপোক অমনি হায়রি। মীওইবগী থৱায়না অতোনবা অপীকপা জীব কয়াদা হায়বদি তিন- কাং, লিল, হঙোই, শা- ষণ, উচেকশিংগী মপোক্তা পোক্লুরবা মতুংদা মীওইবগী মপোক অসি য়ৌরকপনি হায়রি। মীওইবগী মপোক্কা শা ঙাগী মপোক্কা খেৎনবা হায়ববু শা ঙাশিংদদি অফ ফত্ত খনবা ঙমদে অদুবু মীওইবদদি জ্ঞান অমা য়াওবনিনা অফ ফত্ত অচুম্বা ৱাখল খনবা ঙম্মী। ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অসিদি মীওইবগী অমসুং শা ঙাগী মপোক অনিমক্তা চপ্ মান্ননা নুংঙাইবা ফংই। অদুবু মীওইবগী মপোক্তদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অসি থিংবা, কন্ট্রোল তৌবা ঙম্মী। মরম অসিদগীনি মীওইবা কয়ানা তুংদা থোক্লক্কদবা খুদোংথিবা কয়া থোকহন্দবা ঙম্মী। হোলি গীতানা হায়বগী মতুংইন্নদি মীওইপোক ফংলবা ঐখোয়না খন্থহৌদবদগী শা ঙানা চৎপা লিচৎ শাজৎ, ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা ঙাক্তা ওইবা পুন্সি অমা ওইখ্রগদি ঐখোয়গী মথংগী মপোক অদু শা ঙাগী মপোক ওইগনি। মসিবু হন্থবা মপোক কৌই। মী অমা ওইনা হিংবদা মতিক চাদ্রবা মীবু মী অমা ওইনা অমুক হন্না পোকহনখিগদ্রা? ঐখোয়না উরিবা শা ঙাগী মপোক অমদি মীওইবগী মপোক্তসু খেৎনবা ময়াম অমা লৈরিবসি ঐখোয়গী তৌজবা কর্ম ফলনি।

হোলি গীতাগী মতুংইন্নদি ঐখোয়না মীওইবগী সেবা তৌদ্রগসু য়াই। য়াম্না মরু ওইবদি ঐখোয়না অফবা লমচৎ শাজৎ আইডিয়েন ওইবা অদুখক্তনি। সংসার অসিদা তৌগদবা অচৌবা থবক অমত্তা লৈতে। মীওইবগী মপোকখক্তদা সেল্ফ রিয়েলাইজেসন তৌবা ঙম্মী। ঈশ্বরনা হায়বা ইনবা ভক্ত কয়ানা ঈশ্বরগী

মপোক অনন্দা ফংলিবা ঙন্নিবসিনি। মীওইপোক ফংলবা ঐখোয় মীওইবনা হন্থবা মপোক অমুক হন্না চৎপা ফত্তে।

**************

"ষণ অশিবগী মনাক্তা লেপ্পা অৱাবা (প্রাইজিৎ) ফংঙি"

***- Meitei Scripture -***

Interpretation :

মসিগী অর্থদি ফত্তবা মফমদা নত্ত্রগা ফত্তবা মীগা তিন্না লোইনরগদি অৱাবা নঙগনি। ফত্তবা মফমদা চংগনু, লমচৎ শাজৎ চুমদবা মীগা তিন্ন লোইনগনু হায়বা পাউতাক পীবনি।

# Chapter -27

## মুনি ঋষিগী ব্রাখল্লোন

ঐখোয় মীওইবনা ব্রাখল শান্তি ওইনা হিংগে হায়রগদি মুনি ঋষি অমনা মাগী মপুক্সি অদু করম্না হিংবগে হায়বদু ঐখোয়না খর খঙবা তাই। ঐখোয় পুম্নমক্না মুনি ওইদ্রগসু মাগী ব্রাখল অদুদি ঐখোয়না হিংবদা তমজবা দরকার ওই। মীয়াম্না হায়নৈ মদুদি মুনি হায়বসি তঙ্খায় অমনা ঈশ্বরনি অদুগা তঙ্খায় অমনা মীওইবনি। মহাক্না তাইবংপালবু মশক খংঙি অমসুং মহাক অশেংবা ওঝা অমনি। মুনিঋষি অমগী ব্রাখল অদু খজিক্তুং মখাদা পীরি।

মুনি অমনা তাইবং পান্দা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক অপাম্বা লৈতে মরমদি পোৎশক খুদিংমক অহোংবা নায়। ঐগী ওইরম্বা পোৎশক্তু ঐগী ওইরক্তে। ঐনা নুংশিজনা পামজনা থমজবা পোৎশক অমা মাংখিবা মতমদা অব্রাবা পোকপা মরম্না ঐগীনি হায়বা পোৎশক অমত্তা থমদে। মুনি অমনা মরূপ মপাং অমত্তা থমদে, চুম্না খঙনা কৌনবা খক্তনি। মসিগী মরমদি য়েক্লবা খৎনবা খুদিংমক ঐগী তিন্নবা চান্নবা মরূপশিংদগী ওই। মুনি অমনা চাক্লিবা মতমদসু নোংমখক্তগী চারাদমক নিগনি। মীনা পীরক্লগসু লৌগনি, পীদ্রগসু তোকনি। চেং- হব্রায়, উহৈ-ব্রাহৈ চাদুনা হিংগনি। অশেংবা মুনিদি ষণগী শঙ্গোম চাদে, থক্তে। হয়েংগী হায়বা নক্তগা হিংবগী অব্রাবা করিমক্তা লৈতে। মরমদি প্রকৃতিদা হৌরিবা পাল্লিবা মহৈ মরোং খুদিংমক চাবাদা লোইবা ঙল্লোইদবা ঙাক্তনি খল্লি। থবক কন্না

শুদুনা লনথুম পৈশিনবগী ব্রাখল মুনিদা লৈতে মরমদি হয়িংখোয়না থবক কন্না শুদুনা খোইহি ময়াম অমা থম্বদু মী নত্তগা শানা লোয়না চাথোকখি। মুনিদি য়ুমপানবগী নুপী থিদে, লোইনদে চুম্নগী খঙনবা কৌনবা খক্তনি। মরমদি নুপীগা লোয়নবা মতমদা অপাম্বগী খুদোংথিবা য়াম্মা ফংঙি। য়াম্মা মরুওইবা অমনা ব্রার্ম্ডলিনেসকী লাংদা থুই। সংস্কৃতকী লোলদা হায়রগা সামসারাগী লাংদা থুই। মুনিদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা পামদে। মরমদি ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা অসি লাংদা থুবগী লম্বী ওই। হায়নবা অমা লৈ মদুদি ঙানা খোইচাক্তা থুই। মুনি অমনা লাইশঙদা লাই নিংদে, মতম কায়দনা চৎলিবা নুমিৎ থা-থব্রাম্মিচাকশিংবু মুনিনা খুরুমজে। মুনিনা হব্রা নুংশিৎ অফবা নুংঙাইবা মফমদা লৈ। ময়ুম বিল্ডিং শাদে। মুনিনা লো ওফ নেচরগী নিয়ম ঙাক্না চৎলি।

হাৎন শুনবা সৈতানগী লৈবাকঃ

লৈবাক অমা শান্তি লৈনা পানগে হায়রগদি লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীশিংনা শুনোমদুনা চাননবা চীঞ্জাক, শেংনবা ফিরোল অমদি লৈনবা য়ুম শেম শাদুনা লৈনবা হোৎনবনি। দরকার ওইবা পোৎশক অহুম অসিদি শুবা নোম্ববু তৌরগদি লায়না ফংবা ঙমগনি। মসিগী মথক্তা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ লাইফ ষ্টাইল চুম্নগদি মীওইবগী হকচাং নাদ য়েক্তনা থম্বা ঙমগনি। মসি ইশা ইশানা তৌগদবা ইথৌদাংনি, সেল্ফ ইফোর্ট অমনি। ইন্দিভিজুয়েল সিটিজন খুদিংমক্না তৌগদবা ফন্দামেন্টেল দ্যুটি অসি পাংথোক্লগদি লৈরিবা লৈবাক অসি শান্তি ওইবা ঙমগনি। অদুবু হৌজিকী মতমদা লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক ব্রাথোক হিরম কয়ামুক থোক্লক্লে। থৌদোক ব্রাথোক থোক্লিবগী মরমদি অমগা অমগ মত খেৎনবা, ব্রাথোক্কী ব্রারোইশিন পুরকপা ঙমদবা, অদুগা লৈরিবা মীশিং অদুনা কাংলুপ কাংলুপ, গ্রুপ গ্রুপ খাইদোক্তনা খৎন চৈনবা, য়েৎশিন্নবা, হাৎন শুনবনি। মসিনা ফত্তবা ওইরবনিনা মপানগী মীতোপ্না ব্রায়েনবসু তাবনি। মসিনসু লৈবাক অমবু কায়নবগী মচাকসু ওইহল্লি। খুদম অমনা ঐগী ইমুং ফেমিলিদা গ্রুপ অনি থোক্তনা খৎন চৈনরগদি ঐগী ফেমিলি অদু অনি থোক্না কায়বা মশানা তাবনি। অমগা অমগা খৎন- চৈনবা, গ্রুপ গ্রুপ খায়দোক্তনা হাৎ শুনবা লৈবাক অদুবু সৈতানগী লৈবাক হায়না কৌই। সৈতানগী লৈবাক খুদিংমক অব্রা মৈশা লাংগনি, শক্তি

তান্নগনি, নিংথৌ ওইবা তান্নগনি। শান্তি থমগে হায়রগদি শান্তি থুগাইবা থবক তৌদবা তাই। পীস ব্রোক্কর কনানো খঙদোকপা মতৌ তাই। লৈবাক অমা হাৎন শুনবা লৈত্রবা অমদি মীশিং অদুনা হিংলিবা মখৈদি লৈবাক অদুগী মীশিং অদু অদুম কায়দনা ঈংনা চীক্লা লৈগনি।

**************

"উনা উনা থি নেৎলে, তানা তানা খঙশিন্নদ্রে"

***- Meitei Scripture -***

Interpretation :

মসিগী অর্থদি মীৎ নাকোংনা ফত্তে হায়না খঙ-উরবা পোৎশক নৎত্রগা থবক অদু অমুক হন্না তৌবনি। শম্না হায়রবগা ফত্তবা থবক হঞ্জিন হঞ্জিন্না তৌদুনা অৱাবা হঞ্জিন হঞ্জিন্না মাইয়োক্লবনি। ফত্তবা তৌরিবা মী অদুগী Self control, Restrain power লৈতে হায়বনি। অরানবা ইন্দ্রি সেন্সকী অপাম্বদা চৎলি হায়বনি।

# Glossary

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1 | মেটেরিয়েলিজম | - | থবায় আত্মা নত্তবা মপাল সংসারগী ওইবা পোৎশক matterশিংনি। স্পিরিচুয়েলগা মরি লৈনদবা পোৎশকশিংনি। থবায়গী অপাম্বা ওইদবা, হকচাংগী অপাম্বা ঙাক্তা ওইবা শম্মা হায়রবদা Physical World, material world ওইবনি। কাহেনবা লনথুম সনা লুপা মনি মুক্তা Material possession ওইবা, শেঙ্গা থুমজা শক্তি পবার কাহেনবা অকে অমৌগা মরি লৈনবা পুক্নিনি। |
| 2 | স্পিরিচুয়েল | - | আত্মাগা মরি লৈনবনি। |
| 3 | মোডরেট | - | ময়াই ওইরপ্পা চৎপা, medium ওইবা, কাহেনবা ওইদবনি। মী অমগী গুণ অমসুং চাংদা ময়ায় ওইরপ্পা চৎপনি। |
| 4 | ব্রার্ল্ডলিনেস | - | যুম্বাল কৈবান্দুনা সংসার ম্যায়াগী ইরাংদা তাউরবা, তাইবং নেচরগী লোনচৎ চৎপা মী অমনি। লনথুমদা লুপ্পবা অমদি ইন্দ্রিগী কাহেনবা পাম্বা Material world গা মরি লৈনবনি। মসি স্পিরিচুয়েলগা মরি লৈনদে। |
| 5 | মুনি ঋষি | - | উবা খংলবা, ঙম্লবা, তাকপীবা তম্বীবা ঙম্লবা, নেচর লোবু তশেংনা খংলবা wisdom experienced লৈরবা অহল ওইরবা মীনি। |
| 6 | ম্যায়া | - | সংসারগী ওইবা, অচুম্বা খংদবাcosmic ignorance জ্ঞান তাদবা ঙাওবা, সংসার nature গী লোনচৎ চৎপা। |
| 7 | অনন্দা | - | Happiness and sorrow, pleasure and pain লৈতবা নুংঙাইবনি। |

8 নির্ভান - বুদ্ধিজমগী ৱাহৈনি, মসিদা থৱায়না মপুংফাবা নিংতম্বা নুংঙাইবা ব্লিস ফংবা অদুনি। জীব আত্মা অমুক হন্না পোক্তবা মতাং অদুনি হায়বসু য়াই Buddist believe in the extinction of individual and absorption into the Infinite (A state of perfect bliss achieved by the soul)।

9 সেল্ফ - অহিংবা জীবশিংগী হকচাং মনুংদা য়াওবা থুগাইবা ঙমদবা, উবা ঙমদবা, মাংবা ঙমদবা, অচুম্বা অশেংবগী পোৎশক অমনি। থৱায় অত্মা হায়নসু কৌই।

10 আত্মা - অহিংবা জীবশিংগী হকচাং মনুংদা য়াওবা থুগাইবা ঙমদবা, উবা ঙমদবা, মাংবা ঙমদবা অচুম্বা অশেংবগী পোৎশক অমনি। থৱায় সেল্ফ হায়নসু কৌই।

11 মুক্তি - থৱায়না হকচাংগী অপাম্বদগী নিংতম্বা ফংবনি। Freedom from the both internal body and external world.

12 যোগী - মী অমনা স্পেরিচুয়েল ডিসসিপ্লিন অমগী মখাদা প্রাক্টিস তৌদুনা থৱায় স্পিরিটকা লোইননা পুনশিন্ননা লৈমিন্নবনি। প্রাক্টিস মপুং ফারবা মীবু যোগী হায়নসু কৌই।

13 ব্লিস - Happiness and sorrow, pleasure and pain লৈতবা, অৱাংবা থাক্কী নুংঙাইবনি। মসিবু Divine bliss হায়নসু কৌই।

14 মোক্ষ - বুদ্ধিজমগী ৱাহৈনি। সংসারগী চৎনবী য়ুম্বাল কৈবানবা, নেচর ম্যায়াগী চৎন-লোনচৎ থাদোক্লবা মী অমবু কৌই।

| | | | |
|---|---|---|---|
| 15 | থরায় | - | অহিংবা জীবশিংগী হকচাং মনুংদা য়াওবা থুগাইবা ঙমদবা, উবা ঙমদবা, মাংবা ঙমদবা অচুম্বা অশেংবগী পোৎশক অমনি। মসিবু সেল্ফ হায়না কৌই। |
| 16 | মেডিটেসন | - | ধ্যান তৌবা, হীরী কোনবা, আত্মাগা মরি লৈনবনি। |
| 17 | স্ক্রিপচর | - | ঈশ্বরগী, ধর্ম্মগী অচুম্বগী ওইবা শাস্ত্রগী ৱাহৈশিংনি। |
| 18 | সামসারা | - | অমুক পোকপা অমসুং অমুক শিবা লৈরিবা জীবশিংগী ওইবা সংসারগী পুন্সি। |
| 19 | ভেডা | - | হিন্দু ফিলোসোফিগীদা য়াওবা ঈশ্বরগী ৱাহৈ ওইবা স্ক্রিপচরনি। |
| 20 | যোগা | - | স্পিরিচুয়েল ডিসসিপ্লিন প্রাক্টিস তৌবগী মওং মতৌ মেথোৎ Method তাকপা অদুবু যোগা কৌই। মী অমনা থরায় স্পিরিটকী মওং মতৌদা পুনশিল্লগা চৎপা ঙম্বা অদুবুসু কৌই। |
| 21 | হোলি | - | থরায় অমসুং হকচাং অনিমক ঈশ্বরদা কত্থোক্লবা মী অদুবু কৌই। |
| 22 | স্পিরিচুয়েল লাইফ | - | আত্মাগা মরি লৈনবা পুন্সিনি। |

**************

## REFERENCE BOOKS :

1. Sri Ramanuja Gita Bhasya
2. Srimad Bhagavatam
3. New Testament
4. Sermons and Sayings of the Gautam Buddha
5. Meitei Scripture
6. Prophet Muhammad's Scripture

# PICTURES



Lord Krsna teaches Arjuna in War



Lord Krsna



Lord Jesus Christ



Sri RamaKrishna



Lord Gautam Buddha



Swami Vivekananda

## Books By The Same Author

1. Animal Welfare Education - Rs. 50/-
2. Spiritual Life - Rs. 50/-




## Books can be ordered at :

E-mail : dhirenakoijam@yahoo.com

Published by : Dr. Akoijam Jhalajit Singh
Thoubal Wangmataba P.O. Thoubal - 795138, Manipur